# জিরিবাম মৈহৌরোল



শ্রী নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহ

# ৱাহৌদোক

জিরিবাম মৈহৌরোল কৌবা ইতিহাস অসি মীয়ামগী থৌজাল· মখাদা রায়টারনা তাং ১৪/৪/৩৮ ইংদগী লমদম অসিদা খুঞ্জা ওইজরকপাগী উত্না থংবা ( এক্সপীরিয়েন্স ) অতুগা মতম কুইনা পিটিসন রায়টারগী থৌবম মখাদা লৈজত্তুনা অথং অহৈ শিংগা ত্তিন্নজবগী মহৈনা ইজরিবা অসিগী অরানবাশিংবু চুম্নিনবা পাবিরিবা অমসুং পাবিরিবীশিংগী থৌজাল নিজরি।

জিরিবাম বাবুপাড়া
মে, ১৯৮৮ইং

এন, ব্রজমনি সিংহ

ফোংদোকচবা
শ্রী নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহ
সাং- বাবুপাড়া আই, বি, রোড
জিরিবাম, মণিপুর।

ফংফম
শ্রী সৌমেন চন্দ্র পাল
জিরিবাম বুক সেন্টার

নোংথোম্বম শ্রী কুঞ্জ মোহনগী তানরিয়ু

মে, ৮৮ইং
মমল :— লুপা ৬.০০
অনম্বা কোপী মশিং ৫০০

নম্ফম—কুঞ্জ প্রেস, জিরিবাম, মণিপুর।

# হায়জবা

জিরিবাম অসি থৌজাল হৈরবা ৎংবাংনবা শেম্বা মপুনা করম্বা থৌরম মখাদা শেম্লকপা মতুদি প্রকৃতিগী নিংবা মওংদা অয়াম্বা শরুকনা কাছাড় অতুগা শ্রীহট্টগী খর, মীওইশিংগী খুন্দা-নিংবা ৱারেপখি। লাইরবনা অৱাবা ওইরবা জিলা অনি অসিগী জাতি বর্ণ খাক্তবা মী কাংলুপ্পা তমথিরবা শা-কৈ লাইরেম্না চিংবগা চাইনতুনা খুন্দাখি।

লমদম অসিগী মৈহৌরোল অসি হুজিক্কী পুন্সীদা পাল্লিবা মীশিংগী নিংশিংনবগীদমক ইংশোক ১৯০৮দা খুন্দাখিবা গুরুজন ব্রহ্মর্ষি রাজর্ষি ক্ষেত্রী সভা ইমা ইন্দোন ইচিন ইনাও ইচল ইচেম চৌংমী তম্মিগী য়াইফ থৌনিজতুনা "জিরিবাম মৈহৌরোল" কৌনা ইতিহাস অসি লেংজবনি।

শ্রী এন, ব্রজমনি সিংহ

# জিরিবাম মৈহৌরোল

উসিদগী চহী চামারোমগী মমাংদা ব্রহ্মদেশগী খুঞ্জা (মীতৈনা অরা হাইনা খংনবা) অসিগুম্বা অরানা মণিপুরগী রাজধানী পাক চাওরবা ইম্ফালগী মরাল সৈরুবা মীতৈ খুঞ্জাশিংগী মথক্তা লান্দাখি। লান্দা মাইথিরবা মীতৈশিংদা অরানা ওং নৈবদগী খাংবা ঙমদ্রবা পোক্তফম থাদোক্তুনা মীতৈ লৈবাক্কী মপান, অয়াম্বনা কাছাড় মথংদা শীলেট, ত্রিপুরা, ঢাকা, তেখাও হাইবদি ব্রহ্মপুত্র তম্পাক আসামদা লাজেহনা মণিপুরগী রাজধানী চহি তরেৎ খুম্ভাকখি।

অসিগী মতুংদা থোজান্না লৈরেংলবা রাজা ধুম্বর সিংহনা মণিপুর ৱাংমদা লৈখ্রবা মীতৈশিং অসি করম্না মণিপুর অসিদা পুরক্তুনা নাগরিক ওইহনগনি খন্দুনা নোংমা চেপ্পদগী তুমখুন তানখিবদা মশক খংদবা নুপা অমনা কাছাড়গী নোংপোক তাই-নবদা লৈবা মণিপুরগী পাক চাওরবা জঙ্গল অসিদা খুদোম্বী থিন্দুনা মফম অসিদা খুন্দাহল্লবদি ফগনি হাইবগা রাজাধুম্বরসিংহ মং ফাওহনা বিষ্ণু পিস্যু শোনজহনা ফমখি।

মণিপুরগা কাছাড়গী মরক্তা তাইনবগী ঙমখৈ লেপ্পবগী য়ান চেদা বৃটিশ সরকার ইংরাজগী মীহুৎ আসামগী চীফ কমিশনার, মীতৈ লৈবাক্কী রাজ প্রতিনিধি রাজা গম্ভীর সিংহনা অঙাং ওইরপ

তৌরিবা রাজা ধুম্বরসিংহ পুহনা কাছাড় লক্ষীপুরদা কাংলুপ অনি পুনখি। বৃটিশনা শিল লাংবা কাছাড়গী হি হোনবা মাঝি মুসলমানশিংনা লমজিংজনা। বরাক তুরেন্দা টিপাইমুখ অহদগী হন্থরক্লগা জিরি তুরেলগী অরাং থানা ফাওবা হি হোঞ্জিলম্মি। অসিগী মতুং ইন্না কাছাড় মণিপুর তাইনবা অসি West of Manipur :- Bank of Borak and Line of Jiri ইংরাজী না ইবা য়ান চে (সন্ধি পত্র) দা রাজা গম্ভীর সিংহ অমস্থং বৃটিশ সরকারগী চীফ কমিশনারনা সহী তৌখি।

রাজা ধুম্বরসিংনা মংদা উহিবা লম অসি য়ানচেদা সহী তৌনবগী চৎপদা উখিবা লমগা চপ মানবনা মংবগী নোংঙানবগা অঙম অথোবা মরূপশিংদা মংদা উবা অংগা য়ান চেদা সহী তৌনবগী লম য়েংবদা উরকখিবা মওং তমখি। থিন্দনা কাছাড়গী মীতৈ খুঙ্গংশিংদা খুদোংচানা লৈরবাশিংনা অতুম্মক লৈবিয়ু। খুদোংচাদবাশিংনা কাছাড়গী নোংপোক মণিপুরগী লম জিরিবাম হাইবা লম অসি সেটেলমেন্ট লৌবিহনা খুন্দাক্লিবিয়ু হাইবা পাওজেল অসিদা মীতৈ খুলগী মরক মরক্তা খুন্দাবা নমশূদ্র, পাটনী, বাঙ্গালী মুসলিম মীতৈ পাঙন. কিকির, চীংমী কুকি, হ্মার কবুইশিংনস্থ রাজা সাহেবনা পাওজেল্লবা লম অসিদা খুন্দাজগে হাইনা হঙ্গংচখি।

রাজা ধুম্বর সিংহনা মুসলমান নত্তবা অতৈ হাইরিবা জাতিশিংগী মীশিংনা খুন্দাবা য়াগনি অতুগা মণিপুর সরকারনা য়ারবদি মুসলমানস্থ খুন্দাবা য়াগনি হাইনা তাক্লপিখি।

মতুংদা রাজা ধুম্বরসিংহনা শ্রীহট্টগী মণিপুরী রাজা বাড়ীদা লৈহনা জিরিবাম সেটেলম্যান্টী হাংবগী পাওজেলদা ভানুঘাষ প্রতাপগড় গোয়াইনঘাট শুনারুঘাট ভানুবিল কেও-য়াপাড়ানচিংবগী মীতৈ. নমশূদ্র পাটনীনা চিংবা মখোইগী পোক্লফম থাদোক্লুনা জিরিবামদা হেংনবগী রাখল চংখি।

মতুংদা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসিডেন্ট. রাজা ধুম্বর সিংহ অমস্তুং অঙম অথো শত্র মন্ত্রীশিং লোইনদুনা ১৯০৮ ইংগী তাং ১৩/৩/০৮ইংদা কাছাড় জিলাগী বাঁশকান্দিদা লৈবা মীতৈ পাঙন আব্দুল জব্বারবাবু মৌজাদার হাপ্লগা চন্দ্রপুর, লক্ষীপুর কামরাঙ্গা কালীনগর, বাঘখাল বিনসেলু, বেরবাক, নুংফৌ শামুপুনবী লাটিংখাল পাইবোনী ছোটবেক্রা ভুটাংখাল বড়বেক্রা হরিনগর জাকুরাডহর ইছলামাবাদ লাটিংখাল মথাবস্তি, চান্নি-ঘাট জিরিমুখ খুল মমিং থোন্দুনা খুন্দাবা হৌখি।

হুজিক গুলারথোল কৌনরিবা অসি শামু খরা পুন্দুনা নুমিৎ খরনি জিরিবাম অসিদা খুন্দবা য়াগদ্রা হাইনা শামু তোংহনা লম্মিং ত্তমিং শ্নেংই অমস্তুং মাইকৈ লেপ্পি মসিগী দমক মকম অসিবু শামুপুনবী কৌই অহুবু য়ায়া কুইরবগী মতুংদা মুসলমান বনকাম শুবাশিংনা গুলার হাইবা বাংলা মমিংগী উ য়াম্না হৌবা লৈতেম মানবা লমনি হাইনা বাংলা মমিং গুলার থোল হাইবা অসিনা নমহংখিহুনা সরকারগী রেকর্ডতা গুলার থোল হাইগ্রে।

জিরিবাম হাইনা লম অসিগী মমিং থোনখিবগী মরু ওইবা রারীদি অসিনি :—

মালেম শেম্লকপদগী জঙ্গল ওইনা লৈরকপা আসামগী কাছাড়গা মণিপুর তাইনবগী ডমখৈ লেপত্রিংঙদা মণিপুরগী ডাক-লোন থৌরম পরেং পাকশন্না লৈতৃবদা খুদোং চাবা লৌহুনা কাছাড়গী মুসলমানশিংন বরাক তুরেল মরিল ইন্না উ-রা-লীনা চিংবা ললোন্লি। লৈশেম্বদগী তুরেল অচোবা অসিবু বাংলা লোন্দা বড়বক্র নত্রগা বরাক হাইনা থোলমহুনা খংনরে অহুগা অৰৈ তুরেল মচা অমম্তুং খোংশিংদি মমিং থোলমদে।

জিরিমুখকী বরাকতা তিল্লরিবা তুরেল মচা অসিদা বাং-লানা জি-জি কৌবা তিল বাংলা খোন্থোক্লা জিরি-জিরি হাই-নবা মখোলনা অতংপা লৈতনা পুমনিল নিনবদগী উ রা-লী ললোনবা মুসলমানশিংনা জি-জি পাকাগী জিরি-জিরি শব্দদগী তুরেল অসিগী মমিং জিরি অহুগা বাংলানা তুরেনবু নদী কৌবনা তুরেল অসিগী মমিং জিরি নদী কৌখি।

জিরি নদীগী হন্তবা ইচেলদা রা-উ লী পুহুনা তাওথরকপগী ওইদা লৈহৌরবা বাংলা লোন্দা ওইবু বাম হাইবনা বামসাইড তা লৈহৌবা লম আসী মুসলমান শিংনা মাখোইগী লোন্দা জিরির + বাম হাইরম্বদগী মথংশিংনা লাকপদা জিরিবাম ওইখি।

বৃটিশ সরকার ইংরেজশিংনা আসামগী কাছাড়গা মণিপুরগী লম তাইনবা ডমখৈ পুথোক্লবা হোংনরকপনা ইংরাজগী খুদোং চাবা মহৌশাদগী তুরেন্দা হি হোনবগী হৈনবা মুসলমান হি হোনবাশিংবু হি হোলহন্দুনা বৃটিশ সরকারগী মিহুং আসামগী চীফ কমিশনার অহুগা মণিপুর রাজ্যগী মীহুং রাজা গম্ভীরসিংনা

রাজা ধুম্বর সিংহ লোইনহনা বরাক অমস্তুং জিরি তুরেন মরিলদা হি-না চত্তুনা মিংয়েং তারবা মতুংদা মণিপুরগী নোংচুপ ঙমখৈ বরাক তুরেম অমস্তুং জিরি তুরেন হাইনা লেপ্লহনা য়াম চে (সন্ধিপত্র) দা আসামগী চীফ কমিশনার অমস্তুং রাজা গম্ভীর সিংহনা সহী তৌখি। য়ান চে-দা সহী তৌবা মতম অহুদা হি হোনবগী লম জংলিবা মুসলমানগী ইন্টারপিটেশন্দা লম অসি জিরিবাম হাইখিবদগী মথংশিংনা জিরিবাম হাইনা লৈরিবা অসিনি।

জিরিবাম বন্দোবস্তগী শংগাবা তারিখ ১৩/৩/০৮ইংদা শামু পুনবী হৌজিক্কা গুলারথোল দোকান খোং হাইবা অসিদা নবকিশোর দাস অমস্তুং প্রানকৃষ্ণদাসনা দোকান ফমখি খোং অসিগী মপান্দা দোকান ফম্মি হাইবনা খোং অসিগী মমিং দোকান খোং হাইনা কৌই। নুমিৎ অসিদা চন্দ্রপুর লক্ষীপুর কামরাঙ্গা কালীনগর বামথাল (নিংথেম্পাম) চিংদোংলৈকায় বিনসেলু বেরবাক নুংফৌ খুলশিংগী পোকপা শিবাগী য়ুমশেংবা (শুদ্ধ শাস্ত) পুরোহিতগীদমক শারদা চরণ শীল অসি অঙাং ওইনা খুন্দবা ১৩/৩/০৮ইং য়াওরবগী তুংদা খর লৈরগা ময়াম্বা বসন্ত কুমার শীলনা চন্দ্রবৈদ্য (নাপেত) ওইখি।

কালীবাড়ীগী কালীমাতা অসি জিরিবাম খুন্দবা ১৩/৩/০৮ ইংগী চাওরাক্কা চহী কুনরোমগী মমাংদা কাছাড় লক্ষীপুরগী কালী সাধক থোঙাতাবম থম্বৌশম্মাগী মংদা হুজিক লৈরিবা কালী বাড়ী মফম অসিদা, কালীমাই মুর্ত্তিনা অরা (ব্রজ্জি)গী

ওঃ নৈবদ্য খাংবা ভুমদ্রতুনা ব্রহ্মা মণিপুর শাইনবদগী চেলক্তনা কাছাড় মণিপুর তাইনবা মণিপুরগী কম জিরিবামদা লৈরাগ. হাটতুনা লৈখুংদা লোংলি হাইনা হুজিক্কী কালীবাড়ী মফম অসি থম্বৌ শর্ম্মাগী মনিঙা ফজা। উহনখি।

নোংঙানংগা থোংঙাবম থম্বৌ শর্ম্মানা কাছাড লক্ষীপুরগী মীওই কয়ামুক্তা মং তাদগা লোইনবাগী কাংলুপ অমা খোমগা ইমা ইবেম্ম লাইরেম্বী শক্রবী কালী ইমাবু থিজরবখি। লাইনিং চেংলবা মী খরসিনা য়োপাক থাংজো শিংজং পাইতুনা ইমা ইবেম্মবু ফংজনবগী থৌরাই হবচাং য়াওনা পাঙ্গকপাদা ইমা ইবেম্মন পেল্লতুনা মনাই ভক্তশিংগী মফমদা তবাযনা লৈখুংদা দর্শন পিখি। থম্বৌ শর্ম্মনা মমংদা উখিবা ভবানী বাহদূলীদগী মমৈ থংদা নুং ওনবা (শিলা মূর্ত্তি) ফাওবা উজখিবা অদুম্মক ওইবা শিলামূর্ত্তি অদু উবদা কালী সাধক থোংঙাবম থম্বৌ শর্ম্মা প্রেমনা বিভোর ওইতুনা ব্রান্তখি অমসুং ভক্তশিংসু প্রেম আবিভূর্ত (মমিঙ্গী মপি শান কপচখি) ওইবগা লোইননা লমদাগী শিবরাত্রিদগী হুজিক লৈবিবা কালী মাই অসি সেবা পূজা তৌখি।

কালী সাধক থোংঙাবম থম্বৌ শর্ম্মা অসি ব্রহ্মচারী হায়বদি অঙাং ওইরিঙৈদগী কালী নিংবা অমসুং শোনবানা মথৌ ওইবা ময়ুম মকৈ পান্দবা মহাপুরুষ অমনি।

অহল ওইরক্রবা থম্বৌ শর্ম্মানা ময়াম্না পঙ্গোই শর্ম্মাগী মচা নদীয়াচাঁন্দ শর্ম্মাবু কালী মতাগী সেবা পূজা তৌনবগী সেবা-

মিত হাপ্লগা ১৩/৮/০৮ইং জিংবাম বন্দোবস্ত হাংদোকপগী লাকলিবা আসামগী চীফ কমিশনার অমসুং মণিপুরগী রাজা গম্ভীর সিংহ পুত্রক চাওরবা রাজা ধুম্বর সিংহনা চিংবা অচম অথৌশিংদা কালী মাই লিংলাকপাগী রাগী অমসুং মশা অহল ওইরদুনা নদীয়াচাঁন্দ শর্মাদা কালী মাই অমসুং লমনা চিংবা লোইনা শিন্নরে হাইনা কালী সাধক থগৌ শর্মানা তমখি। মতুংদা চহি মঙারোম লেংবা ভমদবা, খোঙ্গাইশংলগা কালী কালী শোন্দুনা লৈরমগা থোঙাতাবম নদীয়াচাঁন্দ শর্মাদা কালী মাই, ইঙখোল অমসুং মচাক মরল শিন্নরমদুনা থগৌ শর্মা খোঙ্গাইশঙনা কালী কালী শোন্দুনা নোঙ্গাখি। ঙসিদগী চাওরাকপা চহি কুনমঙারোমগী মমাংদা মীতৈ শিংনা বঙ্গালীগী লাই কালী লাংপা মীতৈ ব্রাহ্মণ নদীয়াচাঁন্দ শর্মা অমসুং মচানুপা অমুবা শর্মাবু সামাজিক নিমন্ত্রণ আমন্ত্রণ থাক্তোন কয়া তৌনরমদে অদুদগী হেল্লদুনা কালীমাই লাংপা বামোননি হাইদুনা নদীয়াচাঁন্দ শর্মা অমুবা শর্মাগী চুনু কাওবা চানরমদে।

নিঙোম্বম শম্ভু সিংহনা লুচিংবা চন্দ্রপুর লক্ষ্মীপুর মচিং থোন্দুনা চোংথাম চন্দ্রবদন সিং চোংথাম চাউতোন সিংহ চোংথাম গোপাল সিংহ নিঙোম্বম চন্দ্র সিংহ অভুজম অতোম্বা পুখ্রম্বম থাবল সিংহ ব্রহ্মচারী ময়ুম ব্রজবালা শর্মা অহোংসাংবম চুডা সিংহ সৌরাইজম রাম কৃষ্ণ সিংহনা চিংনা খুন্দাখি।

কালী লৈবা খুল ওইবনা কালীনগর মমিং থোন্দুনা লৌরিয়াম চাওবা সিংহ চান্দম তোমচা সিংহ সরুংবাইবম নবাং সিংহ

নেপ্রম কামিনী দেবীগী মপানা চিংবা খুন্দাখি। মৈহৌরান্দা বাঙ্গালী লৈরম্নদবা অৱুবু মমৈ থংদা মৈতৈনা য়োল্লগা বাঙ্গালীনা লৈখিবা কালীনগরনি।

বাঘখ'ল (নিংথৌসাম) দা মুতুম বুদ্ধিমন্ত সিংহনা মুক্তার ওইরগা লুচিংহনা মোইরাংথেম শামু সিংহ য়ুম্নাম চূড়া সিংহ অসি খুন্দাখি।

নাওরেম য়াইমাবী সিংহ মুক্তারনা লুচিংহনা চিংদোংলৈকায়দা লৈব অরিবম কৃষ্ণমনি শর্ম্মানা চিংবা মীতৈ খুন্দাখি বিনসেলু বেরবাক খুল অনি অসিদা মীতৈশিংনা কাছাড়দা লৈরকপা মাগী ২ খুলগী মমিং থোন্দুনা খুন্দাবা অসি চহি খরগী মন্নুংদা মীয়াম্না পোকপা মীশিবদা নাপেত বামোন ফংবা ৱারকপানা মরম ওইহনা অমম্তুং হিংলিবা মীশিংস্তু অনায়েক তৌবনা ১৯১৬ইংদা দীমনি নমশূদ্র কাঙ্গালরাম নমশূদ্র আগনরাম নমশূদ্র শিবরাম নমশূদ্র সাহিব রাম নমশূদ্র উর্ম্মিলা নমশূদ্রানী খোইদা মখোইগী লম অসি মমল খজিক্কনা য়োলমহনা মীতৈশিং কাছাড়দা হোংথখি।

নুংফৌ খুলস্তু মীতৈশিং অরুম হৌবা (হুজিকী লোন্দা ম্যালেরিয়া) দগী শিবা বিনসেলু বেরাবাক্কী মীতৈশিংনস্তু দয়াল চাঁন্দ নমশূদ্র মুক্তার নয়ানরাম নমশূদ্র বিদুর রাম নমশূদ্র গুনমনি নমশূদ্র গোকুলরাম নমশূদ্র খোইদা পিরমহনা মীতৈ হোংথখি।

মীতৈনা মাগী মাগী কাছাড়গী খুলগী মমিং থোন্দুনা খুন্দারম্বনা নমশুদ্রশিংগী খুলগী ওইরবমক্তদস্তু বিনসেলু, বেরা-বাক, মুংফৌ হাইনা সরকারগী রেকর্ড মুৎপা যাদবগী খুদমনি।

লাটিংখাল খুলদা রসময় নমশূদ্র মুক্তারগী লুচিং মখাদা দেবচরণ নমশূদ্র বজ্জুরাম নমশূদ্র শরনরাম নমশূদ্র হুরুধণ নমশূদ্র লবধন নমশূদ্র ইন্দ্রমনি নমশূদ্র গুনমনি নমশূদ্র লখাইরাম নমশূদ্র নদীয়া চাঁন্দ নমশূদ্রনচিংবা খুন্দাখি।

পাইবোনী খুলদা মচুংপৌ কবুই (রোংমৈ নাগা) পান্তি লুংপৌ, খোঙম লৌউ খুন্দাবা অসি ১৯৪০ইংদা শারদা চরণ চৌধুরী চন্দ্রমনি ধনাইরাম, মকাইরাম বঙ্ক বিহারী চৌধুরী খোইনা কবুইদগী লম লৈহুনা খুন্দাখি।

জিরিমুখ মমিং থোন্দুনা সোমা রাজাগী মপা থেংলরানা চীফ ওইহুনা খোংজাই খুল অমা খুন্দাখি।

ছোটবেক্রা খুলদা পয়লারামদাশ লক্ষীরামদাশ হাপীরামদাশ অসিনাচিংবা খুন্দাখি। ছোটবেক্রা কুলীখালদা ফাইলেম্বং চীফকী মপা খুপ্পেনা লুচিংবা খুল লৈখি।

ছোটবেক্রা টুইসে লেনদা থাংলুংনা লুচিংহুনা ফিরাক্সারনা চিংবা যুম তরামঙাগী হিল ভিলেজ অমা লৈখি।

লালখালদা শিশুরাম দাশ পরানরাম দাশ রবিরাই সূর্য্যরাই মংলীয়া রাই কৃষ্ণ ভুমিজ চৌকিদারগী মপা কার্ত্তিক

ভূমিজ মপু বিহারী ভূমিজ খোই অসিগা মনোহরবাগী দেশওয়ালী শিং খুন্দাখি।

লামাভূটাংখালদা নীলমনি নমশূদ্র গোলক নমশূদ্র লৈরম্বা অসি ভুটাংখালগী পাটনী খুঞ্জাওনা মীশিংয়াম্বদগী তত্তুনা লামাভূটাংখালগী নমশূদ্রবু য়ায়া য়েংথিরম্মি।

ভুটাংখালদা দীন চন্দ্র দাশ মুক্তারগী থৌশিল মথাদা বেলুরাম দাশ গুনমনি দাশ রতনরাম দাশ অভিরাম দাশ দুর্গারাম দাশ মখোই অসিনাচিংবা খুনদাখি।

চান্নিঘাটতা নাথ অমস্তুং মালাকারশিং খুনদাবা অসিদা ঙা ফাবনা মরু ওইবা থবক ওইবদগী ম্যালেরিয়ানা চিংবা মখল মথাই অনাবানা শিবা নাবদগী লৈবা ঙমদতুনা হোংখিবদগী খুন্তাকখি।

জাইরোন পোকপীদা কুঞ্জমংনা লুচিংবা খুল অসি কাই-লাম শঙ্কলাল কুকীশিং খুনদাখি।

ভুটাংখাল হিল ভিলেজদা লেনা চীফ দারলুং থাঙা লৈরম্মি ১৯৪৫ ইংদা থাঙানা মচানুপা রৌতেঙ্কার মাঙা খোইগা লেনাগী মচা নুপা অতোম্বান চীফ ওইতুনা লামা ভুটাংখালদা খুনদাখি।

কাছাড় জয়নগর যাত্রাপুরগী পাল শাগৈগী বাঙ্গালীশিং ভুটাংখাল লেনা পুঞ্জীগী মথক বরাক মপানদা খুলগী মমিং যাত্রা-পুর থোল্লগা খুনদাখি। চফু য়েরান শাবানা মথৌ ওইরম্মি চহি খরগী মতুংদা মীশিমীনা তোইবদগী হোংখখি। মী লৈত্রবা

যাত্রাপুর অসিদা চন্দ্রনাথদে মৌজাদারগী মতমদা আছুইমিয়া ফরমান আলী মেঘাইমিয়া আশ্রবআলী আলমমিয়া শেক মূসলমানশিং খুনদাখি। বড়বেক্রা চীংমী খুলদা মাংতে কাইশেল খুপ্পনাচিংবা খুনদাখি।

বড়বেক্রাদা মোইরাংথেম তোমাল সিংহ মুক্তারনা লুচিংবা ওইতুনা কোঙ্গ্রাইরাংপম খোমদোল শর্ম্মা ওরফে নেনে ঠাকুর পুখ্রম্বম য়াইমা সিংহ মোইরাংথেম মুক্তা সিংহনাচিংবা বিষ্ণুপ্রিয়া খুনদাখি। মোইরাংথেম তোমাল সিংহ মুক্তার অসি মরা চৎনবা অতুগী মথক্তা মণিপুর রাজ কর্ম্মচারী শিংগী থুংকম ওইরম্মি।

হরিনগরদা পাখীরাম দাশগী মচা নুপা অর্জ্জুনরাম দাশ রজনী রাম দাশ নিচিন্ত রাম দাশ আমীর চাঁন্দ দাশ চিন্তামনি দাশশিং খুনদাখি।

জাকুরাডহর ১ম খণ্ডগী বরাক তুরেনগী ইরেল অচৌবা অসিদা কাছাড় জয়নগরদা লৈবা আসাই লস্করগী বনকামগী জাকুরা উকক্ তিনফম অমসুং খোটাই পুনফম ওইবনা ইরেলবু বাংলাদা ডহর কৌবনা জাকুরা+ডহর = জাকুরাডহর কৌখি। জাকুরাডহরগী মনাক্তা লৈবা খুল অসিনা জাকুডহর কৌখ্রে। মতুংদা খুল য়াম্না চাউবানা সরকারগী মেপ য়েকপাদা অনি খোক্তুনা জাকুরাডহর প্রথম খণ্ড অমসুং জাকুরাডহর দ্বিতীয় খণ্ড কৌখি।

জাকুরাডহর ১ম খণ্ডদা প্রকাশ চন্দ্র দাস বড় ভুইয়ানা লুচিংবা অসি গোকুল চন্দ্র দাশ বং রাজ চন্দ্র দাশ বং গগন চন্দ্র দাস

বং পঞ্চারাম দাশ হরিরাম দাশ গোপী চরন দাশ ওঝা মখোই অসি খুন্দাখি।

জাকুংডহর ২য় খণ্ডদা হরিরাম দাশ মকর রাম দাশ নবীনরাম দাশ ভুবনা নন্দ বৈষ্ণব প্রিয়মনি বৈষ্ণবী হরসরাম দাশ শিং খুন্দাখি।

মতম অসিদা ডিবোং খুলগী খা থংবা তঙখায়দা কবুই রোংমৈ নাগা অমাং থংবা তঙখায়দা বর্ম্মণ বাছাডী, শিং আন অথোরাইজড বেদখাল কারী ওইনা মণিপুর সরকার খংদনা লোয়না লেরম্মি।

১৯১১ইংদা মণিপুর সরকারনা নংগা হ. সুং বর্ম্মণবু তারঙ্খা-কুংনা মীশক খুন্দাহনাখ। চৌংমীশিং অসিনা মখোইগী খুংগী লেংতোন্দা লৈবা খোং থাসবু তুইবোং কৌবানা খোং তুইবোংগী মমিংদা খুলগী মমিং তুইবোং হাইনংবগী ডিবোং ওইখিবনি হাইনৈ।

ডিবোং অসি হিদাম নিংথৌবা সিংহনা লুচিংলুনা অবিবম গোপাল শর্ম্মা রাজকুমার সনামচা সিংহ কৈশাম বলং সিংহ অহৈবম দেওয়ান সিংহ থৌনাওজম অভ সিংহ লাইশ্রম নবীন সিংহ থিংবাইজম চন্দন সিংহ থিংবাইজম ময়না সিংহ নিঙোম্বম অঙোচাও সিংহ থোঙাম পাতন সিংহ চন্দম ধনবাবু সিংহ খোই অসি খুন্দাখি। ডিবোং খুন্দাবগী মতামনবা থোঙাম বাবুরেন সিংহ পোকই হাইরুনা থোঙাম বাবুরেনগী মমিং পোয়রা হাইনমু কৌনৈ হাইরি।

রাজকুমার সনা মচা সিংহনা সনাখাল খোংজিন্দা ফম্মি হাইহুনা খোং অসিগী মমিং সনাখোং হাইনবদগী মমৈদা সনা খাল হাইনরকই।

১৯১২ ইংদা মণিপুর সরকারনা য়ানিংবাগী মখাদা আব্দুল জব্বার মৌজাদারনা পঞ্চায়েৎ বোর্ড অমা শেমখি। মেম্বারদি মথংশিংনা লাইশ্রম তুলানন্দ সিংহ হিদাম নিংথৌবা সিংহ মুতুম বুদ্ধিমন্ত সিংহ নিঙোম্বম শামু সিংহ হিজম চাউবা সিংহ রসময় নমশূদ্র পুখ্রম্বম বাবু সিংহ মচুং পৌ রোংমৈ নাগা ছাংমী মিকির মুক্তার কুঞ্জমাং চীফ খুপ্তে চীফ থাংলুং চীফ মাংতে পয়লা রাম দাশ দীন চন্দ্র দাশ মুক্তার প্রকাশ চন্দ্র দাশ বড়-ভূইয়া পাকাং চুলিয়েন লেনা চীফ মখোই অসিনা থা খুদিংগী লেপ্লবা তারিখ অমাদা মৌজাদার অফিসতা মৌজদারনা সভাপতি ওইহুনা সেটেলমেন্ট চাওখৎনবা মী য়াম্না খুন্দানবা খাজনা খোমগৎ-পা খৎন চৈনবা তাইশিন্নবাগী রারেপ লৌই। তাই শনবা ঙমদবা অসি মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসিডেন্টদা থাগৎলি মতম অসিদা সিটিং অসিমু জুরি ফম্না কৌই।

১৯১৪ইংদা কাছাড় জয়পুরগী ইরেংবম বাবুচাঁন্দ সিংহনা অহল ওইরবা আব্দুল জব্বারদগী মৌজাদার ফম লৌখি। থবক্কুগী পোখারবা আব্দুল জব্বারনা পেন্সনগী মওং অমুক্তদ শেলগী মনা ফংখি।

১৯১৭ইংদা ইরেংবম বাবুচাঁন্দ সিংহগী শেলগী মশিং চান্নদবগী মরালনা ইরেংবম বাবুচাঁন্দ সিংহ মৌজাদার ফমদগী

ডিসমিশ ওইখিদুনা কাছাড লক্ষীপুরগী বিপিন বিহারী লস্করদা মণিপুর সরকারনা মোজাদার ফম শিন্নখি।

বিপিন বিহারী লস্করনা কাছাড লক্ষীপুর জমিদারী কাছারীদা মৌজাদারগী থবক পুরা পুংনা কুঞ্জ বিহারী দাশ পুরকায়স্থনা খাজনা খোস্নগী করোইন মোহরীর (জিলাদার) ওইরম্মি। মতম অসিদা জিরবামগী মঙ্গল থাম্লবা উ রা-লী আগর ধুপ নচিংবা জঙ্গলগী মালামালশিং য়াম্না লাইনা বয়রক অমসুং জিরি তুরেলদা পুথ থবম্মি।

১৯২১ ইংদা মণিপুর সাধারনা চন্দ্রনাথদেবু মৌজাদার হাপ্পুনা কাছাড লক্ষীপুরগী বিপিন বিহারী লস্করদগী মৌজাদার ফম লেখি। চন্দ্রনাথনা অসিগী জিরিবাম অসি চাও হনবগী পুক্নিংচংনা অকায়বা থৌরম পাইখ্রেম্মি।

১৯২২ইংদা চন্দ্রনাথদে মৌজাদারগী মিৎপোলেপ্পুস। জিরিবামদা মুসলমান খুদা-বগী মণিপুর সরকারনা হুকুম লোখি। নাজীর আলী মুক্তারনা অহানবদা মুসলমান মিং চাদ্রা জিরিবামদা খুনদানবগী হুকুম পুববখি। মুসলমানশিং অসিনা খুন খাগী মমিং থোন্দুনা জিরিবামদা চাইথোক্না খুনদাখি।

১৯২২ইংদা চট্টগ্রাম জালিয়ানা বাগান চিংবদা শীহাৎপনা মরম ওইদুনা মহাত্মা মোহনদাস করমচান্দ গান্ধীনা বৃটিশ সবকারগী বিরুদ্ধনা অসহযোগ লাওথোকখি। ভারত মচা খুদিংমক ইংরেজগী য়েক্নবা ওইদুনা ইংরেজ ভারত ছাড়ো। ভারত স্বাধীন চাই। স্বাধীন ভারতকী বন্দে মাতরম

খোল্লাওনা ভারতকী কৈথেল লম্বী শহর খুঙ্গং খুদিংমক পুম্নিন নিনখি রায়টারস্থু অঙাং ওইনা শ্লোগান অসি তমহনা কোইলাও লাওখি মতম অহুগী পুলিশ অমস্থুং এল, পি গী ওঝানা চৈরাক পিখি।

১৯২৩ইংদা গুলারথোল দোকান খোংদগী নবকিশোর দাশ অমস্থুং প্রানকৃষ্ণ দাশবু কালীবাড়ী বাজার অসিদা পুরক্তুনা চয়োলগী ঈরায় নুমিং খুদিংদা কৈথেল নুমিং ওইহন্দুনা কাছাড় লক্ষীপুরগী দোকানদারশিংবু চন্দ্রনাথদে মৌজাদারনা হিরমদা দোকানগী পোৎ মালামালশিং পুরকহন্দুনা কৈথেল লিংখি। লক্ষীপুরগী দোকান দারশিং মথংশিংনা আরজ মিয়া মন্তাজআলী আব্দুল্লা হীরাচাঁন্দ মিয়া প্রহ্লাদ চন্দ্র রায় অসিনা চিংবা মখোই অসি কালী বাড়ী বাজার লিংবদা য়াওরকপা দোকানদারনি।

আমদ আলীগী মনিংদগী আমদাবাদ খুলগী মমিং থোন্দুনা গুলামহুহনমজুদার হাসিন আলী জিলামিয়া মহুমনমুল্লা নাজীর আলী মুক্তার ইয়াছিন আলী ইছমাইল আলী আমদ আলী আক্কব আলী ছনদান আলীনা চিংবা খুনদাখি।

কাছিম আলীগী মনিংদা খুলগী মিং কাছিমপুর থোন্দুনা কাছিম আলী গাভুরমিয়া ইনদান আলী জৈর আলী খুনদাখি।

নিছার মুল্লা হাইনা কৌবা মুল্লা অমনা জঙ্গল কোকপা হৌবদগী খুল মিং মুল্লারগাঁও থোন্দুনা ইব্রাহিম আলী খকইমিয়া মিছির আলী হাজী আব্দুল রহিম মখোই অসি লৈখি।

লালপানী মসজিদকী মমাং খোংদা মুবেশ্বর আলীগী শামু পুথবগী দমক মুসলমাননা পুথবা অসি গাড়া হাইবনা হাতীগাড়া হাইনা মফম অসিগী মমিং থোনখি। খুল অসিগী খোং অসিদা ককুই অঙাংবা চেনবদা মুসলমানশিংনা অঙাংবা চেনবা ঈশিং হাইবদি লালপানী থোন্দুনা লালপানী খোংগী মমিংদা খুল অসিগী মমিং লালপানী থোল্লগা আপ্তাবআলী ওরফে আতা আব্বাছআলী জমামিয়া আম্বর আলী স'দিমানী খোই খুনদাখি। লালপানী খুল অসিদা পোলিটিকেল সাফারার কুতুব আলী খুনদাবা অসি মশা ১৯৭৪ইংদা শিখ্রে।

চাম্পানগরগী খোংদা কালা মীয়ামগী শামু মমিং চাম্প কৌবা অসি শিবদগী খোংগী মমিং চম্পা খোং মুসলমানশিংনা চাম্পাখাল হাইনা কৌনখ্রে। খোং অসিগী মপান্দা খুন্দাবনা চাম্পানগর খুলগী মমিং থোন্দুনা চম্পানগর মীতৈ খুলদা হিজম চওবা সিংহ অয়েকপম বাবু সিং লাঙ্গোলাকপম খোজাও সিংহ কব্রম্বম তুলঙ সিং শামুরাংপম যোগেশ্বর শর্ম্মা চিংতম তুমু সিংহ খোই খুন্দাখি।

চম্পানগর মুসলিম খুন্দা নছিব আলী খোই লৈমি।

কাছাড় সোনাপুরগী মীশিং খুন্দাবনা খুলগী মমিং সোনাপুর থোন্দুনা ঈদৃছআলী ওরফে মোলোংমুক্তারনা 'লু চংহুনা আদিলমিয়া নছিব আলী আসদআলী আলমমিয়া মঞ্জুরমিয়া ইঞ্চান আলী আব্দুল রহিম খোই খুন্দাখি।

আলীমমিয়াগী মমিংদা আলীপুর হুজিক্কা অগলাপুর হাইরিবা খুল অসিদা আলীমমিয়া চাঁন্দ মিয়া রজনমিয়া আরজদ আলী খোই লৈখি।

বাবুপাড়া অসি চন্দ্রনাথদে মৌজদার লাকপাগী মমাংদা কালীনগর হাইনা খংনরম্মি। চন্দ্রনাথদেনা ইম্ফাল বাবুপাড়াদগী লাক্কুনা লো ইঙখোল লৈরকুনা খুল অসি বাবুপাড়া মমিং থোনখি।

মতম অসিদা চিম্মুনাং কবুই লিন্দু কবুই মাংশোং কুকী লৈরম্মি।

লিন্দুগী লম বিঘা হুম্ফু রোম মুন্সীজামাল উদ্দিন্না অতুগা চিম্মুনাংগী লম বিঘা হুম্ফু রোমনা রজব আলী ছৈদ আলী রেকিব আলী খোইনা লৈরম্মি।

হিলঘাট খুনৌদা লৈবা ব্রহ্মচারী ময়ুম বাবুতোন শর্ম্মানা ক্ষেত্রীময়ুম ইবুঙোতোন সিংহগী শেল তোনবগী খংনরকপনা মরম ওইদুনা ১৯২৪ইংদগী জিরিবাম মৌজাদারদা দলিল রেজিষ্টা-রগী সব রেজিষ্ট্রার পরার পিরকুনা দলিল রেজিষ্টার তৌবা হৌখি।

কাছাড় লক্ষীপুরগী মীশিংনা খুন্দাবানা খুল অসিগী মমিং লক্ষীপুর কাছাড় চন্দ্রপুরগীনা খুন্দাবনা চন্দ্রপুর কাছাড় কামরাঙ্গাগী মীনা খুন্দাবনা কামরাঙ্গা অমুম্না কাছাড় বিনসেলু বেরবাক নুংফৌগী মীশিংনা খুন্দাবাশিং অসি জিরিবামগী বিনসেলু বেরবাক নুংফৌ অমুম্না থোনখি।

লৈছাবীথোলগী জঙ্গলদা মি.কির লৈছাবী অমা মমিং লাটিং কৌবী অসি পানা মনা ঝ্‌মদা থবক শুবদা খোংদা তাহ্না. শিখিবা অসিদা খোং অসিগী মমিং লাটিংখোং মুসলমানশিংনা লাটিংখাল কৌব্রে। এরিয়া. অসিনা লৈছাবী অমা শিবদগী .লৈছাবী খোল মমিং খোনখি।

লাটিংখালগী অরাংদা জিমি তুরেন মপান্দা খুন্দাবা খুল অসি' লাটিংখাল মমিং খোন্দুনা রসময় নমশূদ্র নামুক্তার ওইহ্না নমশূদ্রশিং খুন্দাখি।

লাটিংখালগী মখাথংবদা লৈবানা মখা বস্তি মমিং খোনখি।

পাইগোনী খুলদা পাইবোং কৌবা কবুই অমনা অহানবদা খুন্দবনা খুলগী মমিং পাইবোংনী কৌরম্বদগী পাইবোগা. ওইখি।

ছোটবেক্রো খোং অসি পিক্কা থেক্কা চেন্থবা অসি বাংলা লোনবাশিংনা ছোটবেকা হাইরম্বাদগী ছোটবেক্রো ওনখি।

ভুটাংখাল মমিং ওইবগী মরমদি এরিয়া অসিদা খোলোম য়াম্না হৌই। মুসলমান উ-রা-লী ললোন্দবনা এরিয়া অসি ভুটাংখাল কৌখিবগী মথং শংনা খোং অনি অসিবু খা থংবা খোংনা উজান ভুটাংখাল মখাথংবনা লামাভুটাংখাল মমিং খোনখি।

খুলনা উজান ভুটাংখালগী খুলনা ভুটাংখাল অহুগা লামা ভুটাংখালগী খুলনা লামা ভুটাংখাল কৌনখি।

বড়বেক্রো খোং অসি চাওথেক চাওথেক থেক্কা চেন্থবানা

বাংলা লোনবা মী শিংনা বড়বেকা হাইনরকপদগী বড়বেক্র। হাইনা মমিং থোনখি।

হরিনগর খুলদা হরিরাম দাশনা অহানবা খুন্দাবনা খুলগী মমিং হরিনগর থোন্দুনা খুন্দাখি।

খটাইখালদা কালামিয়াগী খটাই তত্তনা পুনবনা খোং অসিবু খটাই আল হাইনরকপদা মথংশিংনা থোং অসিগী মপান্নদা লৈবা খুল অসিস্থু খটাইখাল কৌনখি।

চৌধুরী খালদা ইয়াছিন আলী চৌধুরীগী বনকাম থবক শুনা খোংগী মমিং চৌধুরী খাল কৌই অহগা খুল অসিস্থু খোংগী নমিংদা চৌধুরী খাল থোনখি। হৌজিক্তা থিলক্মনা চীফ ওইরি।

বরাকতুরেন টুপীডহবগী শোবোঙ্গাদা ইয়াছিন আলী চৌধুরীগী টুপী শুদোকপদা তাখিহনা মাংবদগী ইবেল অসিবু টুপীডহর কৌখি। ইরেল অসিগী মমিং লৌহনা খুল অসিস্থু টুপাড়হর কৌখি।

দুর্গাপুর খুনদাবদা দুর্গাপূজা লেপ্পুনা খুনদাখিবাগী মতুং ইন্না খুল অসি দুর্গাপুর থোনখি।

মধুপুর খুল অসিদা মধুরাম দাশগী মমিং লৌহনা মধুপুর থোনবদা গাঁঞ্জা থকপা কাংবুনা সিদ্ধিপুর কৌগনি হাইনা য়েংনবদা ফুনখি।

নারায়ণপুর খুল অসি খুনদাবদা নারায়ণ পুজা তৌহুনা খুলগী মমিং নারায়ণপুর খোন্দুনা খুনদাখি।

গোয়াকুকীগী ঝুম মপানদা চেনবা খোং অসি গোয়াখাল কৌই। গোয়াখাল মপানদা খুনদাবা খুল অসিবু খোংগী মমিংদা গোয়াখাল খোনখি।

খেদাগড় খুল অসিদা শামু ফানবগী কোর খাবা অসিদগী মমিং খেদাগড় খোনখি।

জাইরোনপোকপী এরিয়া অসিদা জারইল পাম্বী য়ান্না হৌবদগী খুলগী মমিং জারইল পোকপী হাইনরম্বদগী জাইরোন পোকপীস্থ কৌনখি।

লৈতেম মানবা চীংপাক ওইবনা মুশলমানশিংনা উচাথোল মমিং থোন্দুনা হাজীর আলী মুনীনা চিংবা মুসলমান য়ুম ৭/৮ লৈরম্মি. লবুক লৈতবনা মরম ওইহুনা হোংখি। মতুংদা মীতৈ শিংনা খুনদাখি।

কোঞ্জেংবম কুঞ্জসিংহ পুংয়েবগী মমিং লৌহুনা কুঞ্জবন মমিং থোন্দুনা কোঞ্জেংবম গোপালনা ইহান হান্না খুনদাখি।

লাইরিকরেবম রোহিনি কুমারনা খেলানন্দ গোকুলচাঁন্দ্র কালাসিংহ নচিংবা লাইরিকলেংবম কাংলুপ অমনা হিলঘাট কামরাঙ্গাগী লৌতোন্দ্বা বিদ্যানগর মমিং থোন্দুনা খুন্দারগা লালখোপাও লাবুদগী কামরাঙ্গা কুকী পুঞ্জীগী লৌ লৈরম্মি।

গুলাংথোলগী মথক অসি, জিরিবাম খুন্দাবা ১৯০৮ইংদা য়াওরকপা লৈহাওরোংবম য়াইমা সিংহনা লৈভাংপোকপী মমিং থোন্দুনা লম বন্দোবস্ত পাট্টা লৌবা অসি সরকারনা নারান্দর বাসা মমিং থোলম্মি।

বোরোইখালগী এরিয়াদা বোরোই কুর্তা ভক্তা ঙৌবানা মুসলমানশিংনা খোং অসি বোরোইখাল অহংগা এরিয়া অসিস্সু বোরোইখাল থোনখি।

সাবুঘাটতা সাবৌ শা-না পুলপ পুলপ কুমহৌনা জিরিতুরেন্দা ঈশিং থকপাদগী মীৎত শিং চনবা রা'য়ানবশিংনা শাবুঘাট হাইনা লমদম অসিবু থোনখি।

বাবুখালদা বাবুসিংহনা রা য়ানবগী কেম্প শাহুনা রা য়ানবনা খোং অসিবু বাবুখাল এরিয়া অসিস্সু বাবুখাল হাইনা থোলম্মি।

নুনখাল অসগী ঈশিং অসি থুমহী ওইবনা মুসলমান বনকাম শুবশিংনা ননখাল থোনখি খোং অসগী অকোয়বা লম অসিস্সু নুনখাল হাইখি।

১৯২৮ইংদা অচৌবা ইচাও ওইখি। মৌজদারগী বাংলা নভবা কম্পাউণ্ড ফাওবা শুমখি।

১৯২৭ইং ওক্টোবর লোইরমদাইদা আমেরিকাগী এরোপ্লেন অভাংবা মচু য়াম্না পিকপা অমা কুম্ভিগ্রাম চা বাগান্দা লেণ্ড তৌখি। মসিনা ভারত্তা এরোপ্লেন পাইবা অহানবনি হাইনখি। অহল লমন্না রথনি হাইনা খুরমনখি।

১৯৩১ইংদা জাহুন্নংনা জিরিবাম ফাওডুনা শন্দং পুরগা ভুবন মহাদেবতা সাইরেন চনখি। বিন্নাকান্দি পালেংখুন্দা জাহুন্নং ১ স্থং মচনন্নুপী গাইদি লীউবু বৃটিশ সরকারনা গভর্ণমেন্ট বিদ্রোহী মংমদা এরেষ্ট তৌখি জামুন্নং ফাঁসী তৌখি। গাইদিলীউ মতম কুইনা জেলদা লৈরবগী মতুংদা ভারত স্বাধীন ওইরগা রানী উপাধি ফংডুনা রানী গাইদি লীউ মরাল লৈতবনি হাইনা জেলদগী থাদোকখি। কলিকাতা জেলদা কুইনা লৈর-কপানা রানী গাইদি লীউ বাংলা ফজনা হৈরকখি।

১৯৩৪ইংদা মণিপুরেশ্বর মহারাজ সারচূড়াচাঁন্দ সিংহ কে, সি. এস আই সি বি, ই, মহারাণী রাজ কন্যা যুবরাজ পাত্র মন্ত্রী য়াওনা তোংজৈ মরিলদা জিরিবাম ফাওডুনা চন্দ্রনাথদে মৌজদারগী মতেং লৌডুনা কাছাড়গী লালাংদা কীর্ত্তন তৌখি।

কীর্ত্তনগী গাঁজা পুরকপা অসি ইন্তাজআলী দারোগানা ফাবদা ইন্তাজআলী দারোগা অসি চূড়াচাঁন্দ মহারাজদা লাপ্লে হাইজডুনা মরাল কোকপিখি।

১৯৩৭ইংদা ফরেষ্ট অফিস লিংখি। ১৯৩৮ইংদা রিভিনিউ পিওন মানবাহাদুর লিম্বু মাগী পেন্সনগী লুপা পয়সাগী মহুত্তা জিরিবামগী য়াংলেন শকুগুম্বা সড়ক অসি মানবাহাদুর লিম্বু রোড হাইনা সরকারগী হুকুমনা এলাইনমেন্ট তৌরম্মি।

তাং ১৪/৪/১৯৩৮ইংদা অইবা শ্রী নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহ অসি জিরিবাম কামরাঙ্গাদা লৈবা মমাতোম্বী লক্তুম্বম নিঙোল

কুপ্তাতি দেবীগী মবুং মোপা লক্রুম্বম কালাচাঁন্দ সিংহ লক্রুম্বম লৈছুং সিংহ লক্রুম্বম মোহন সিংহ কৈশাম বীর সিংহগীগী থৌশিল-দগী ভিরিবাগদা হোংলকখি।

অহোম সঙ্গোইজাও সিংহ খুমন্থেম তোমু সিংনা নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহবু লেংদনা লৈগা য়ানবা শিনখি। মতমদা অতৈ মরুপ মপাং শাগৈ নাতৈ খংনখি।

মতম অসিদা দেওয়ান উপাধি ফংবা লাইশ্রম তুলানন্দ সিংহ নোঙ্গাখি।

১৯৪০ইংদা লাইশ্রম কীর্ত্তি সিংহ ষ্টেট ডাক্তার মাইবম ইবুঙোহন সিংহ। পোস্কার খোম্বাতাবম ইবেতোম্বী সিংহ ও, পি কালাচান্দ সিংহ দারোগা হিদাম থাবনজাও সিংহ মুক্তার যতীন্দ্র-মোহন রায় অবনী কুমার দে অতোম ধন সিংহ থোঙাম তোলেঙ্গাও সিংহ ফুরাইরাংবম মনাওতোন শর্ম্মা থিংবাইজম বাবুধন সিংহ কৈশাম বাবিতন সিংহ থাংজম ছত্র সিংহ লৌরি-য়াম মদনা সিংহ ক্ষেত্রীময়ুম ইবুঙোতোন সিংহ মুক্তার হিজম চাউব সিংহ মাইবম চাউব সিংহ মোইরাংথেম শামু সিংহ শাগংপম কর সিংহ রসময় নমশূদ্রগী মচা নুপা যজ্ঞরাম নমশূদ্র মুক্তার পদ্মলাল নমশূদ্র মখোই অসিনা কমিটি অমা শেম্লগা ক্ষেত্রীময়ুম ইবুঙোতোন সিংহনা সভাপতি ওইদুনা ছজিক্তা জেল লৈরিবা অসিগা এম, ই স্কুল অমা লিংবগী হায়রেপ লৌদুনা তাং ৬/৪/৪০ইংদা হাংখেম নন্দকিশোর সিংহনা হেড মাষ্টার এসাংবম দীনবন্ধু সিংহনা এসিষ্টেন্ট ওঝা ওইদুনা এম, ই স্কুল লিংখি। খরনি মতুংদা ছাত্র ছাত্রী মশিং য়াম্বানা

হাইরিবা এম, ই স্কুল অসংগী ফাউণ্ডার ছাত্র ছাত্রীশিংগী মমুংদা চাউরাক্লা নিংশিংবমখৈ পনবদা অশাংবম বাবাধন সিংহ মোংজম চূড়ামনি সিংহ খৌনাওজম বারুনী থোকচোম লালাসিং হিদাম চাউবা সিংহ মুতুম কান্ত সিংহ থোকচোম রাধামোহন সিংহ লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহ কুমারধন সিংহ যাতেশ্বর শর্ম্মা হাও-রোকচম ময়না সিংহ থোঙাম বাবাতোন সিংহ থিংবাইজম রতন সিংহ থোঙাম কৃষ্ণমনি সিংহ শিব প্রসাদ নমশূদ্র মনুবাম কেতকী রায় কিনুদাস পুরকায়স্থ ঝিনুদে অসিতস্থ নতুনা অতৈস্থ লৈরম্মি।

১৯৪০ইং ওক্টোবর থাদা চন্দ্রনাথদে মৌজদাব য়ান্না অহল ওইরতুনা পেন্সন ওইরবদা অরাম্বম ইবুঙোহল সিংহ বি এ, বিটিনা মৌজাদার ওইখি।

তাং ৩/১/৪১ইংদা রায়টার নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহনা পিটিসন কম ডিউ রায়টার ওইবা নুমিত্তা ১। কায়া চৌফ থাংলুং সাংটুইসোলেন ২। আপ্তাব আলী ওরফে আতা পিং মৃত মুশদআলী সাং লালপানী জিরিগাম ৩। থোকচোম চৈকুন্ট সিংহ পিংমৃত কোইরেংসিং সাং চিংদোং লৈকাই জিরিবাম দরখাস্ত অঙুম অসি ইখিবগা লোইননা জিরিবামগী তম্মী চৌংমী শিং থংনবগা লোইননা নুংশিনবা ওইনরকখি।

কামরাঙ্গা অমসুং লক্ষীপুর খুল তাইনবা খোংজিনগী খোংদগী লক্ষীপুর অহুগা চন্দ্রপুর খুলদা তোংজৈমরিল কাছাড় রোড অসি জিরি তুরেনগী লৈরায় কিস্থবদা চংখিবা অমসুং থোং

অহুম মন্দুনা কিন্থবদগী ১৯৪০ইংদা কামারাঙ্গা লক্কুম্নম বাবু সিংহগী লম মপান্দগী জিরিবাম টেংজগী মমাং ফাওবাগী তোংজৈমরিল সড়ক অসি খা রোমদা ডাইভ. সন্না থৈহনা নিউ কাছাড় রোড. হাইখ্রে।

পাট্টাগী লমদা নিউ কাছাড় রোড, থৈরকপাগী ক্ষতি পূরন পিদবা অসি ১৯৮৯ইংদা ASO/J. শ্রী গৌরমনি সিংহ অমসুং SDO/J শ্রী গোপেন্দ্র শর্ম্মা মখোইনা সড়ক থৈরকপাগী অরিবা মসুং অনৌবা সরকারী খুঙ্গাশিংগা এগ্রিমেন্ট অমা এন, ব্রজমনি সিংহ পিটিসন-কম ডিড রায়টারনা ইহুনা পঞ্চ অমিনা সহী তৌখি।

এগ্রিমেন্ট অসিগী কণ্ডিসনদি ঃ— সড়ক থৈবদা শোকপাশিংগী লমগী ক্ষতিপূরণ প্রজানা দাবী তৌদবা অহুগা সরকারনা সড়ক অমনবগী শোক্লা পাট্টা লৈবা শিংনা সড়ক অমনবা তোংজেজ মরিলগী এরিয়া অসি প্রিমিয়াম খিদনা মাগী মাগী পাট্টাদা কোনভার্ট তৌহনা হাপচিনবা হাইনা য়ানবা চে অসিদা মতম অহুগী প্রধান এম, এল,, এ না স্বাক্ষী বোর্ড মেম্বার ওইখি। মণিপুর সরকারগী নিংথৌ ডাইরেক্টর অব লেণ্ড রেকর্ডস শ্রী মদনঝানা এক্সেপ্ট তৌহনা মঞ্জুর ওইখি।

১৯৪১ইং নোংখোম্নম ব্রজমনি সিংহনা দরখাস্ত দলিল ইবাগী থবক্তা চংপানা মহুত্তা ক্ষেত্রীময়ুম ইবুঙোহল সিংহনা এম, ই স্কুলগী অহুমশুবা ওঝা ওইখি।

১৯৪৪ইংদা মিকিরগী হেডম্যান সাংমী মুক্তারগী য়ুম মৈনা চাকখি। খরনি লৈরগা হায়রিবা সাংমী মুক্তা অসি শিথ্রে। য়ুম মৈ চাকপদা য়াওরুবা মিকির মুক্তারগী ডবল বেরেল নোংমৈ অসি উকা খাসিয়াগী মনাও উশুয়েং খাসিয়ানা লৈখিবশ্মি।

১৯৪৫ ইংদা পাওখোকমনা মহাক্কা নুংশিনবা নুপী, জিরি মুখকী চৌফ সোমারাজাগী মচন নুপীগী মচা নুপী তৌবেলগা হি-দা কোইহুনা চংলি পাওখোকমগা মৌখাংদা গুলি হানবা পিস্তল অমা য়াল্লি। তৌবেলনা হরাওনা পাওখোকমগী ফুরিং খাওদগী শেল লৌনবগী হোৎনবদা পিস্তল ট্রিগারদা থেংবনা পিস্তল অসিগী গুলিনা তৌবেলগী মথবাক্তা পাল্লি। লায়েংবা নংদনা খুদক্তা তৌবেল হি অসিগী মনুংদা শিখি।

ঘটনাগী মফম অসিদা পাওখোকামনা মশাগী পিস্তল অসি মক্তা আত্মাঘাত তৌহুনা শিনবগী থৌরাংদা হি হোল্লিবা কোলাক্কার সাংজাইরোন পোকপীনা নোংমৈ মুনখি।

১৯৪৫ইং ডিসেম্বর থা-দা পাওখোকমনা শামু লমশা অমা নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহগী তুরেন ঘাট মনাক্তা নোংমৈনা রাপ্পুনা হাৎখি।

১৯৪৫ইং জুলাই থা দা অনিশুবা লানজাও অসি জপাননা প্রশান্ত মহাসাগরদগী সাইরেণ্ডর তৌহুনা লন লোইহুনা পৃথিবী শান্তি ওইখি।

তাং ২২/৪/৪২ইং অযুক পুং তরামশায়রোম তাবা মহমদা দাব্ব বাগান্দা বোমা তাখি মসিদা জিরিবামগী অফিস হুম কৈ উ-রা য়াম্না নিকখি খোদোক অসিদা এলাংবম দীনবন্ধু সিংহ স্কুল থাদোকখি।

১৯৪২ইং হৌরকপদা হুরুবি মিকিরগী মচন নুপী শান্তি মিকিরনী অসি মখোইগী লৌমী বাসাইনিয়াগা মতৈ মনাও ওইনা চেল্লকখি। ঘটনা অসিদা মিকিরগা নাজীর আলী মুক্তার রশীদ আলী মজুমদার তুরপান আলী মজুমদারনা চিংবা মুসলমান কাংবুগা মৌজদার কোট কম্পাউণ্ডদা ফুনখি।

মতম অসিদা জিরিবামগী ওইখৈ অরাংদা কাইকুণ্ডার মখাদা বুরারা খাল নোংপোক্তা বঙাইরক নেংচুপ্তা বরাক তুরেন অমসুং জিরি তুরেন এরিয়ানা ২৪০ চনি নিফু বর্গ মাইল অসিতনি।

১৯৪২/১৯৪৩ইংদা ব্রহ্মাগী রিফ্যুজীনা জিরিবাম ফাওদুনা কাছাড় ছাপর মাইনাগী কেম্পদগী বরাক তুরেন্দা জাহাজনা শিলচর পাংনা চৎলগা মাগী মাগী দেশতা চংনখি। রিফ্যুজী লাকপা মতম অসিদা কাছাড় রোডতা পবিত্র কুমার দাস আব্দুল মসজিদ মুক্তারনা চিংবা খীয়াম্না কন্ট্রেক্ট থবক তৌনখি।

মতম অসিদা এল পি স্কুল মঙা থক্তা জিরিবামদা লৈরম্মি। জিরিঘাটতা হাওবোম বীরহরি সিংহ ডিবোংদা সেঞ্জম ইবুঙোহল সিংহ লাটিংখালদা তারামনি নমশূদ্র বড়বেক্রাদা মাঙ্গোলজাও সিংহ জাকুরাডহরদা নয়নচন্দ্র দাস অসিনা ওয়ানি।

১৯৪৫ইং আগষ্ট থাদ-গী ষ্টাম্প ভেণ্ডার চৎনবদা মণিপুর সরকারনা লোংথোম্বম ব্রজমনি সিং, পিটিসনা বঃ ডিড্ রায়টারদা ভোংলেন্টানা ষ্টাম্প ভেণ্ডার হাপ্পনা।

১৯৪৫ইংদা উকা খাসিয়া উশুয়েং অমস্তুং উখিং নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহগী য়ুমদা অহিং লেক্লুনা লৈরগা নোঙাংবদগা জিরিবামদা খাসিয়া থুন্দাবা হে খি।

১৯৪৬ইং মার্চ থা-দা মণিপুরেশ্বর মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহ ছুইয়েন বৈরেল লাম্থৈবা রাইখোম চাউবা সিংহ সনসম গৌরহরি সিংহ মহারাজ প্রাইভেট সেক্রেটারী কুঞ্জবিহারী সিংহ হেডক্লার্ক অমস্তুং জিরিবামনগী খরগনা কালীবাড়ী মাঙ্গোবক্তা নট পালা বাসক শকখি।

১৯৪৬ইংদা এলাংবম চান্দে সিংহ অমস্তুং খন্দ্রাকপম গোবর্দ্ধন সিংহ কালীনগর মযুম থুম্রবনা উঙামদা পুন্সীগী ওইনা বাবুপাড়াদা হোংলকখি।

১৯৪৭ইংদা ফ্লাডনা লৌ শিখিহুনা চাক লাংবদা নবীন রাম নমশূদ্রনা অরাবা মীশিংদা ফোউনা চামারোম লেম্না য়েনখি। মণিপুর সরকারনা পেল্লহনা লোমিমলগা চৌধুরী উপাধি পিহুনা নবীন চৌধুরী হাইনা খংনাখ।

১৯৪৮ইংগী ফ্লাডনা যতীন্দ্র মোহন রায় নরেন্দ্র কুমার দাস অমস্তুং কুঞ্জবিহারী দাসপুরকায়স্থগী দোকানগী মালামাল মাল্লাম্বংখি

১৯৪৬ইং চহি খোবদা বাবুপাড়া কালীনগরগী মীয়ামগা যতীন্দ্র মোহন রায়না লুপা চামা দান তৌদুনা যতীন্দ্র মোহন বাবুপাড়া এল, পি, স্কুল লিংখি। য়াম্না কুইনগী মতুংদা আপ গ্রেডেড এল, পি স্কুল ওনখি।

১৯৪৬ইংদা নোংলৈ নুংশিংনা জামখামগী চীংনা খাস ওইরিবেদা ইম, ই, স্কুল লৈরম্বা অসি তেকখি। মতম খরনি ডিবোংদা লৈবা থৌদাম দেবেন্দ্র সিংহগী মপু থৌদাম যদু সিংহগী মামাং শঙ্গোয়দা শাগপম জগদা সিংহনা হেডমাষ্টার ওইদুনা স্কুল ওইরম্মি।

১৯৪৭ইংদা যতীন্দ্র মোহন রায়গী দোকানদগী সতীশ চন্দ্র রায়না তোঙান্না দোকান ফম্মী।

১৯৪৭ইং জুলাই থা-দা অরাম্বম ইবুঙোহন সিংহ বি. এ বি, টি মৌজদার অসি অবনী কুমার দে হেডক্লাকতা মৌজাদার অফিসিয়েটিং চার্জ পিরমদুনা ইম্ফালদা চৎখি।

১৯৪৭ইং ১৫ আগষ্ট অসি অবনী কুমার দে ওফিসেয়েটিং মৌজদা না স্বাধীনতা দিবস পালন তৌখি। নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহনা স্বাধীনতাগী শ্লোগন লাওখি।

১৯৪৭ইংগী লোইরমদাইদা মণিপুর ইলেক্টোরেল কলেজ ইলেকশন্দা দ্বীজেন্দ্র লাল রায় ওংকে পটল বাবুনা সিনাম বিজয় সিংহদা কন্টেষ্ট তৌখি। সিনাম বিজয় সিংহনা রিটার্ন ওইদুনা ইলেক্টরোল কোলেজ মেম্বর ওইখি। তাং ১/১/৪৮ইংদা ক্ষেত্রী-

ময়ুম গোকুলচাঁন্দ সিংহনা অবনী কুমার দে না মৌজদার কম শিন্নখি।

১৯৪৮ইং এপ্রিল থোরকপদা মণিপুরেশ্বর মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহদা লেহাওরোংবম মোহন সিংহ "গৌরীয় ধর্ম্মগী সিক্ষা লৌহল্লিবা। লহাওরোংবম য়াইমা সিংহনা হাইজবদগী মহারাজ মহারাজগী থৌজালনা লেহাওরোংবম মোহন সিংহ অসি জিরিবাম মৌজাদার অফিসতা বালেক্সন মোহরীর ওইজখি।

১৯৪৮ইংগী লোইরমদাইদা মণিপুর অটোনোমাস ষ্টেটকী চীফ মিনিষ্টার মহারাজ কুমার প্রিয়ব্রত সিংহনা জিরিবামগী কোট লেঙ্গোইজ হান্নাদগী বাংলা লৈ য়া অসি মীতৈ লোন ওনখি। নোঙাল্লগা সুধীর চন্দ্র শীলনা চীফ মিনিষ্টার প্রিয়ব্রত সিংহ, হিলমিনিষ্টার মেজর খাতিন সার আকবর হায়দরী গভর্ণরগী মচানুপীগী মরা হাসন আলীগী শন ককখি।

মতম অসিদা বসন্ত কুমার শীল অসি অহল ওইরক্তুনা রাজনিক য়ুমশেংবাদা মমিং য়াদ্রে হাইদুনা মনাও থোকপা সুধীর চন্দ্র শীলনা য়ুমশেংবগী শুদ্ধ শান্তি তৌখি।

১৯৪৮ইংদা থোদাম যদু সিংহগী শঙ্গোয়দগী বাবুপাড়াদা এম, ই, স্কুল হোংলকই। তাং ১৭/১১/৪৮ইংদা লামারবম হেরা-সিংহনা ডিবোং খুনোদা খুন্দানবগী হুকুম লৌখি।

১৯৪৮ইংগী সপ্তমী দুর্গাপূজাদা অনিল মিত্র ম্যানেজারগী নিমন্ত্রণা কেন্দ্রীময়ুম গোকুলচাঁন্দ সিংহ মৌজদার মাষ্টার এন,

ব্রজমনি সিংহ অমস্থুং ষ্টাক চৎলি। বাগানগী লেবারশিংনা জিরিবামগী নুপী অঙাংশিংদা তৌরিবা ব্যবহার অহুদগী নোঙা-নবা অযুক পুং ৭ রোম তাবা মতমদা ক্ষেত্রীময়ুম গোকুলচাঁন্দ সিংহ মৌজদার থিংনাম য়াইমা সিংহ নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহ না মৌজাদার বাংলাদা পূজাগী ঢোলক মখোন তাবগা মু। খন্ন নৈনহুনা মথং চহিদগী জিরিবামদা দুর্গাপূজা তৌরসি হাইনা লেপ্পবানা ১৯৪৯ইংদগী জিরিবামদা বারোয়ারী দুর্গাপূজা তৌখি।

১৯৫৮ইংদা আগলাপুরগী খুঙ্গাশিংনা লেইহুনা ব্রজমনি সিংহ আগলাপুর এল. পি স্কুল অমা এলাংবম ব্রজ কিশোর সিংহনা ওঝা ওইহুনা লিংবা অসি মতম অহুগী রাজনীতি ওয়ালাশিংনা সাইনবোর্ড থুগায়খি। ব্রজমনিগী মিং য়াওরবদি গ্রন্ট-ইন-এড পিরোয় হাইবদগী আগলাপুরগী খুঙ্গাশিংনা ব্রজমনিগী মিং মুথত্তুনা আগলাপুর এল, পি স্কুল গভর্ণমেন্ট এল, পি স্কুল ওইখি।

১৯৫০ইং এপ্রিলদা হিন্দু মুসলিম ট্রাবুল রায়ট থোকখি। থা-মুক্কি মতুংদা নোংলৈ নুংশিংনা য়ুম কৈ-উ-রা য়াম্না তেকখি।

১৯৫০ ইং লোইরম্রাইদগী মণিপুরদা ননজুডিসিয়েল ইমপ্রেসদা (ষ্টাম্প পেপার) দলিল ইবা হৌখি।

১৯৫০ইং ডিসেম্বর থা-দা লমখোং থাং কিপগেন্না ক্ষেত্রীময়ুম গোকুলচাঁন্দ সিংহদগী মৌজাদার চার্জ লৌখি।

১৯৫১ইংদা দুর্গারাম দাশ বিহুর রাম দাশ হিক্যুজীশিংনা

ব্রজমনি সিংহগী ময়ুমদা লৈহনা কালীনগরগী লম লৈরগা খুন্দাখি।

১৯৫৩ইং হৌরকপদা জিরিবাম অসি মাইনর সবডিভি সন ওইহনা লমখো থাং এস, ডি, সি অসিনা অহুম্মক এস, ডি, ও ইনচাজ্জ´ ওইখি।

তাং ৭/২/৫৩ইংদা মাইস্নাম নবকুমার সিংহনা লমখোংথাং কিপগেনদগী এস ডি সি ওইনা এস ডিওগী ইনচাজ্জগী ফম লৌখি।

১৯৫৫ইংগী ওক্টোবর থা দা অমুক হং়া লমখোথাং কিপ-গেন্না মাইস্নাম নবকুমার সিংহদগী চাজ্জ´ লৌখি। ১৯৫৬ইংদা লমখোথাং কিপগেন্না হুজিক লৈরিবা কোর্ট কম অফিস বিল্ডিং অসি শঙ্গাখি।

১৯৫৮ইং লোইরমদাইদা চীফ কমিশনার মিথ্যিউ সাহেবনা লমখোং থাং কিপগেনবু এস, ডি, ও- কম-বি, ডি, ও হাপ্তুনা জিরিবাম ব্লক ডেভলপমেন্ট হাংখি অহুগা ক্ষেত্রীময়ুম নোনি-গোপাল সিংহবু হেডমাষ্টার ইনচাজ্জ´ হাপ্তুনা জনিয়র হাইস্কুল ওইরম্বদগী ফুল গ্রেজেড হাইস্কুল ওনখি।

১৯৫৬ইং লোইরমদাইদা সুরেন্দ্র কুমার ভট্টাচার্য্যনা ওনা-লতিগী উকিল ওইখি। খরনিগী মতুংদা ইস্কন্দর আলী মাঝার ভুইয়াসু উকিল ওই।

১৯৫৭ইংদা জিরিবাম অসি ফুলগ্রেজেড মেজর সবডিভিসন ওইবগা লোইননা ক্ষেত্রীময়ুম গোকুলচাঁন্দ সিংহনা এক্সট্রা

এসিষ্টেন্ট কমিশনার ওইদুনা লমখোথাং কিপগেনদগী চাজ্জ´ লৌখিবা অসিদগী মথংশিংনা জিরিবাম অসি মেজর সবডিভিসন ওইখি।

১৯৫৮ইংদা জিরিবামদা সেরিব্যলচর ফার্ম হাংখি লাইশ্রম রাজকিশোর সিংহনা ফার্ম ইনচাজ্জ´ ওইখিবদা এন, ব্রজমনি সিংহস্থ বিয়ারার ওইনা য়াওখি।

১৯৫০ইংদগী জিরিবামগী থানা অসি মপুং ফাবা থানা ওইদুনা সব-ইন্সপেক্টরনা ও, সি ওইখি অসিগী মমাংদা এসিষ্টেন্ট সব ইন্সপেক্টরনা ইনচাজ্জ´ ওইরম্মি।

১৯৫৯ইংদা থিংবাইজম গুনমনি সিংহনা ক্ষেত্রীময়ুম গোকুল চন্দ সিংহদগী চাজ্জ´ লৌদুনা এস, ডি, ও ওইখি। ১৯৬০ ইংদা মাওবী রা মপান-শাদুনা মইহ য়ানখি। ১৯৬০ইংদা কুকী স্কার ট্রাবুল রায়ট থোকখি। ১৯৮০ইংদা পিটিসন রায়টার শেড শাখি অসিগী মমাংদা মোহন্নীর শং লৈরমদে।

১৯৬০ইংদা জিরিবাম হায়ার সেকেণ্ডারী ওইদ্রিবৈ হাইস্কুলদা শামুরাংপম মনিস্না শর্মানা মেট্রিক পাশ তৌবা অহানবনি। তাং ১০/৮/৬১ইংদা রায়টার নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহগী তালোয় পদমা দেবী নোক্সাখি।

১৯৬১ইং ওক্টোবর থা-দা হাওবম ইবোয়াইমা সিংহনা থিংবাইজম গুনমনি সিংহদগী এস, ডি, ও চাজ্জ´ লৌখি।

১৯৬২ ইংদা চিননা ভারততা লান্দাখি। ভারতকী লাম্নাক্তা চীননা যোম থাদখি। রারমগুগীদমক হাওবম ইবোয়াইমা সিংহ এস ডি. ও না লেংবা মনিংজাও কৌবা ড্রামা অমা শানাখি। একট্রার একট্রেসশিং মথংশিংনা থিয়াম ইন্দু সিংহ হাওবম ইবোয়াইমা সিংহ খাওরোয়জম ব্রজ নন্দন সিংহ শঙ্গাই সিংহ বি. ডি ও রাজকুমার বিনোদ চন্দ্র সিংহ,লক্ষীপ্রিয়া দেবী নয়নী দেবী মখোই অসিনি।

১৯৬৩ইংদা রিফ্যুজী য়াম্না লাক্কুনা বোরোইখাল সাবুঘাট বাবুখাল পাৎচাও চিংদোং লৈকায়দা হাওবম রাধারমন সিংহ তখেলম্বম রসময় সিংহ সিনাম অঙৌচাও সিংহ মখোই অসিনা লুচিংহনা খুন্দাবা ক্ষৌরকপদা ক্ষেত্রীময়ুম গোকুলচাঁন্দ সিংহনা হাওবম ইবোয়াইমা সিংহদা এস ডি, ও, চাৰ্জ লৌখি।

১৯৬৩ইংদা থোঙাতাবম নন্দলাল শর্ম্মা ডকুমেন্ট কোপিষ্ট ওইরবগী মতুংদা হু- চাহনা শিখি। মতুং ১৯৬৩ইংদা থোঙাতাবম নদীয়াচাঁন্দ শৰ্ম্মা কালীমাতা সেবায়িত অসি শিখিবাগী মতুং. ১৯৬৩ইং লোইরমদাইদা মহারাণী শ্রীমতী পাপান্না শঙ্গাই রাজমাতাগী হুকুমনি হাইবা চে পুরক্কুন $\frac{13}{8/52}$ নং পট্টাগী ৬ দাগগী লম খরদা যতীন্দ্রনাথ বৰ্দ্ধননা য়ুম অমা শারম্মি। থৌদোক অসি থিংনবগীদমক কমিটী অমা শেমখি কমিটী অসিগী চেয়ারম্যান সিনাম বিজয় সিংহ এম, এল, এ নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহনা সেক্রেটারী অদুগ মথংশিংনা মেম্বার যতীন্দ্র মোহন রায় এলাংবম চান্দে সিংহ সতীশচন্দ্র রায় থিংবাইজম ধনঞ্জয় সিংহ থোঙাতাবম অমুবা শৰ্ম্মা লৌরিয়াম মদনা সিংহ হোদাম বাবাতোন সিংহ

অসিনি। কমিটী অসিনা কালীবাড়ীগী লমদা য়ুম শাররিবা যতীন্দ্র নাথবর্দ্ধনবু থিংখি। মতুংদা কালীমাতাগী সেবা পূজাদা কমিটীনা পাংই অমস্তুং কালীমাতাগী লামদা অকায়বা লৈশনবা ঙাক শেল্লি।

১৯৫৩ইংদা সতীশ চন্দ্র রায়না কালীবাড়ী কম্পাউণ্ডদা দুর্গাপূজাগী লাইশঙ কৎলি।

১৯৫৪ইংদা কে, প্রোঙোনা ক্ষেত্রীময়ুম গোকুলচান্দ সিংহদগী এস, ডি, ও চার্জ লৌখি।

১৯৬১ইংদা ডাকবাংলা, সবজেল প্রোঙোনা লোঙ্গখি। ১৯৬৪ইংদা পঞ্চায়তি রাজ লাকখি। প্রধানশিং মথং শিংনা ১। হাওবল রাধারমন সিংহ বিষ্ণুজা ২। খোদাম বাবাতোন সিংহ। ৩। এলাংবম চাউবা সিংহ। ৪। থিংবাইজম ধনঞ্জয় সিংহ। ৫। আছাব আলী। ৬। মোলভী তাহির আহম্মদ ৭। সুরেশ চন্দ্র নমশূদ্র। ৮। যতীন্দ্র মোহন দাশ। ৯। থাইরকপম রাশী বাবু সিংহ। ১০। নিরোদ বিহারী দাশ অদুগা সিনাক ইবুঙোহল সিংহ সরপঞ্চ জিরি সার্কেল, সুধীর চন্দ্র বোস সরপঞ্চ বরাক সার্কেল অমিনি।

১৯৬৬ইংদা সাইখোম তোম্বী সিংহনা কে, প্রোঙোগী মহকুমা এস, ডি, ও ওইখি।

১৯৬৭ইংদা নোংমৈকাপ্পম বিজয় কুমার সিংহ একজিকিউটিভ ইঞ্জিনিয়ারগী মপা এন, ইবোতোন সিংহ Ex. MLAনা

কালীমাই লাইশংগী ফুরা কংখি।

১৯৬৭ ইংদা ডিভিসনেল ফরেষ্ট অফিস উচাথে লদা হাংখি। অহানবা ডি, এফ, ও তোমচৌ সিংহনা ওইখি।

১৯৬৯ইংদা শামুরাংপম গোপেন্দ্র শর্ম্মানা সাইতোম তোম্বী সিংহদগী এস, ডি, ও চাজ্জ লৌখি।

১৯৬৯ইং তাং ২/১০/৬৯ইং মহাত্মা মোহনদাস করমচান্দ গান্ধীগী মপোক নুমিৎতগী ১৯৭০ইং তাং ২২/২/৭০ইং কস্তুরবাগী মপোক নুমিৎ ফাওবা অসিবু গান্ধী জয়ন্তী দিবস পালন তৌবগা মরি লৈননা শেল খোমগৎপা (ফণ্ডড্রাইভ)না মরু ওইনা শামু-রাংপম গোপেন্দ্র শর্ম্মা এস, ডি, ও না শিল লাংবদগী দিলীপরায় কহলী লেপ্টনান্ট গভর্ণরগী থৌজাললা পৃথিবীদা মহাত্মা হাইবা ভারত মচাগী জাতীয় জনক মোহনদাস করমচাঁন্দ গান্ধীগী শালোয় কস্তুরবাগী পোকপা নুমিৎ তাং ২২/২/৭ ইং কস্তুরবাগী মমিংদা কস্তুরবা গার্লস জুনিয়র হাইস্কুল লিংখি। স্কুল অসি লিংদা নুমিত্তাহাপখিবা ওঝাশিংগী মনুংদা শ্রুপ্রা য়ুরেম্বম বালা দেবী ওক্তা মতম অহুদগী ওসি ফাওবা ওঝা ওইরি।

১৯৭০ইংদা প্রহ্লাদ চন্দ্র দাশ সাথকরী মমংদা জাকুরাডহর ইরেল অকুবদা মহাবীর শীলা মুর্ত্তি উবা ফংহুনা লমদম অসিদা লৈবা হিন্দু মীয়ামগী মতেংনা চিংখভুনা জাকুরাডহর বাজার মনাক ভৌমিক পাড়াগী তাইনবা লমদা লাইশং শাহনা লাংলি। মসিদা সিনাম বিজয় সিংহ এম এল, এ জিম্রিবামনা চহি অমা ইণ্ডাষ্টিজ মেলা তৌখি।

১৯৭০ইং পঞ্চায়েৎ ইলেক্সন্দগী কারকপা রাজকুমার মঙ্গোনসনাসিংহনা ব্লক সমিতিগী প্রমুখ ওইখি।

১৯৭১ইংদা ভুবন্দর সিং লাম্বা আই, এ এসনা শামুরাংপম গোপেন্দ্র শর্ম্মাদগী এস, ডি, ও চার্জ লৌখি। ১৯৭১ইংদা ইউনাইটেড বেঙ্ক অব ইণ্ডিয়া জিরিবাম ব্রাঞ্চ শিংখি। ১৯৭২ ইংদা সিনাম বিজয় সিংহ আন-কনটেষ্ট এম, এল, এ ওইবগী মতুংদা ভুবন্দর সিং লাম্বানা চৌরজিৎ সিংহ এস ডি সি দা এস ডি ও চার্জ শিন্নরম্লগা মণিপুর পিপলস পার্টিগী নেতা আলীমউদ্দিন চীফ মিনিষ্টারগী সেক্রেটারী ওইখি।

জিরিবামদা মুস্লিমগী লৌ-ইঙখোল নামা ওনবদা অথিংবা লৈরম্বা অসি আলীমউদ্দিন চীফ মিনিষ্টারগী সরকারনা অথিংবা লৌথোকখিবা রিভোক) অসিদগী জিরিবামগী মুসলিমশিং পূর্ন স্বাধিনতাগী খুদোং চাবা ফংখি।

১৯৭২ইংদা সাইখোম তোম্বী সিংহনা চৌরজিৎ সিংহদগী এস, ডি, ও চার্জ লৌখি। ১৯৭৩ইংদা জিরিবাম নোটিফাইড লাউথোকপগা নোমিনি মেম্বর হাপ্তুনা স্মলটাউন কমিটী শেমখি। এস, ডি, ও সাইখোম তোম্বী সিংহনা চেয়ারম্যান মুকুল চন্দ্র দাশনা ভাইস চেয়ারম্যান অতৈ গাইথ ওলীন রোংমৈ নাগা শামুরাংপম জাতেশ্বর শর্ম্মা পবিত্রকুমার দাশ মাইবম চিংনাং থোম্বী দেবী এলাংবম চান্দে সিংহ নুরুদ্দিন নোংথোম্বম হেমবাবু সিংহ নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহ সোরাইজম রাধামোহন সিংহ সুরেন্দ্র কুমার দাশ অসিনা কমিশনার ওইখি।

১৯৭৩ইংদা এস, এল শিংশোননা এস, ডি, ও ওইখি।

১৯৭৫ইংদা মথিউনিং ওলেংনা এস ডি ও ওইরম্মী। ১৯৭৫ইংদা ঘনশ্যাম বিরলাগী মীশিংনা মণিপুরগীদমক জিরিবামদা পেপার মিল শিংনবা বা লৈব্রা হাইনা হেলিকপটার অমস্থং জীপ গাড়ীদা নোংথক ১স্থং লপ্পীদা থক-খা য়েংহনা পেপারমিনগী দমক মতিক চাবা মাওবী লৈ হাইখি।

১৯৭৫ ইংদা অশাংবম বাবাধন সিংহনা কালীমাঙোবকী পিলার অমনা যাত্রা গুরুদগী সতীশচন্দ্র রায় নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহ সম্বাম্বরাম নিংথৌ সিংহ থৌনাওজম বারুনী সিংহ সত্যেন্দ্র চৌধুরীনা চিংবা মীয়াম্না পিলার কংপা লুপা কংবা অস্থুম্না মাঙোপ শাবা লোইখি। তাং ১৫/৬/৭৯ইংদা থোঙাতাবম অমুবা শর্ম্মা কালীমাতা সেবারিত অসিগী শ্রাদ্ধনা মাঙপ অসি শঙ্গাখি।

১৯৭৫ইংদা বীর ভেঙ্কট গিরি (ভি. ভি. গিরি) রাষ্ট্রপতিদা বিনোদ বিহারী রায় (হরে কৃষ্ণ)না মহাক্কী এল. পি ওঝাগী রাকংপা অসি মণিপুর সরকারনা থৌওয়বিদবদা ভারতকী প্রধান মন্ত্রী ইন্দিরা গান্ধীদা রাকংপদা মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টার রাজকুমার দরেন্দ্র সিংহ অসি য়ায়া থুন্না বিনোদ বিহারী রায়গী চহি তরানিথোয়গী তলব পিবগা লোইননা ল টিংগাল এল পি স্কুলদা বিনোদ বিহারী রায়বু পোষ্টিং তৌখি।

মতুংদা কালীনগর এল. পি, স্কুলদা ট্রান্সফার তৌরক্লবগী মতুংদা বিনোদবিহারী রায় মশাগী চহী মপুং ফরহনা পেন্সন ওইখি। থৌদোক অসিদা ভারতকী রাষ্ট্রপতি ভি ভি, গিরিনা মপুন্সীদা এল পি ওঝা অমানা মঙোন্দা রাকংপা অসি অহানবনি হাইখি।

ইমাজেন্সগী আমলদা ১৯৭৬ইংদা হাজী মক্রেম আলী লস্কর অমস্মং মৌলভী তাহির অহম্মদবু বাজবিদ্রোহীনি হাইদুনা মিসা এক্টনা জেল ওইবা অসি জবান্নাচিংবা স্বাক্ষী লৌদনা থাদোকখি।

১৯৭৭ইংদা জনতা সরকার লাকপগা চীফ মিনিষ্টার য়াংমাশৌ শৈজাগী মন্ত্রী সভ দা সিনাম বিজয় কংগ্রেস থাদোক্তুনা জনতাগী মন্ত্রী মন্দনীগী ইণ্ডাষ্ট্রিজ অমস্মং ফরেষ্ট মন্ত্রী ওইনমক মণিপুরগী দমক জিরিবাম চান্নিঘাটতা পেপারমিল লিংনবগী লেভেলিং ১স্মং লম্বী শেম্লবা ফাওবদা পেপার মিল লিংবা উংখিদে। পেপার মিলগী লেভেলিং অসিদা মণিপুর ফরেষ্ট ডিপার্টমেন্টগী প্লান্টেশনগী লুপা য়ান্না মাংখি।

১৯৭৮ইংদা ব্রহ্মচারী ময়ুম দেবহরি শর্ম্মা প্রেসিডেন্ট কেন্দ্র কংগ্রেস জিরিবামনা মশাগী মপুন্সীদা বাবৌজদুনা লাইরবদগী চাবা ফংজিলক্লুদুনা আখড়াগী সেবা পূজা ঊমলক্লুদুনা মপা মপু হাক্তাওগী লাংলকপা দারুমূর্ত্তি শ্রীশ্রী জগন্নাথ শ্রীশ্রী মহাপ্রভু লাইশিং অসি জিরিবামদা থাদখি। লাইশিং অসি ঈশিংদগী লোক্তুনা কালীনগর ডিবোংদা লাংলখি।

১৯৭৮ইংদা নিংথৌজম তোম্বী সিংহনা মথিউসিং ওলেংদগী এস, ডি, ও চার্জ লেপ্রবগী মতমদা এন. তোম্বী সিংহনা স্বাধীনতা অমস্মং গনতন্ত্র দিবস পালন তৌখিবা য়াম্না ফজখিবনা মুমিং থানা পাল্লিবা মথৈ নিংশিংবা য়াবা থৌরম ওইখি।

১৯৮ ইংদা ইন্দিরা কংগ্রেসনা শৌগংপা স্বাধীন কেণ্ডিডেট থৌদাম দেবেন্দ্র সিংহনা সেরপাল্লা মার্কনা জিরিবামগী এম. এল

ওইহনা রাজকুমার দরেন্দ্র সিংহ চীফ মিনিষ্টারগী আমলদা জিরিবামগী এম এল এ থৌদাম দেবেন্দ্র সিংহ শিক্ষা অমসুং আইনগী ষ্টেট মন্ত্রী ওইখি।

১৯৮০ইংগী লোইরমদাইদা ফিলেম সুরেন্দ্র সিংহনা মুন্সিফ ম্যাজিষ্ট্রেট ওইহনা তাং ২৩/৯/৮০ইংদা জিরিবামগী জুডিসিয়ারী শঙ্গাখি।

জুডিসিয়ারী শঙ্গাবগী মমাংগী অহিংদা জিরিবামগী বার প্রেসিডেন্ট নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহনা জুডিসিয়ারী শঙ্গাবগী চাক কৌখিবদা য়াওখিবা গৌজাগীন এম, পি থৌদাম দেবেন্দ্র সিংহ আইন মন্ত্রী য়েন্দ্রেম্বম ইবোতোম্বী সিংহ ডিষ্ট্রিক্টএণ্ড সেসন্স-জজ থিংবাইজম ধনঞ্জয় সিংহ কংগ্রেস (ই) জিরিবাম কেন্দ মুকুল চন্দ্র দাস চেয়ারম্যান টাউন কমিটী জিরিবাম ইস্কন্দর আলী মাঝার ভুইয়া এডভোকেট শগোলশেম মঙ্গোল সিংহনা চিংবা মী য়াঙথেমুকনি। ফুরাইরাংপম হরিল্লভ শর্ম্মানা পুরোহিত ওইবনা থোংবা থাকপা ঙৌখি। ওয়ারপোর্টতা গৌজাগীগী এম পিনা চাক অসি য়াম্না ফাওই হাইরে। হাজীমরুন আলী লস্করবু বার্ডোন তৌনমক লাকহনদে।

জিরবামদা জুডিসিয়ারী লৈবগী মতংদা লৈছাংথেম ইন্দ্রজীৎ সিংহ এডভোকেটনা চেম্বার হাংখিব অহানবনি।

১৯৮১ইংগী গনতন্ত্র সিবস পালনগী নোঙাল্লগা এন তোম্বী সিংহ এস, ডি ও দগী কেদার নার্থ শর্ম্মানা এস ডি, ও চার্জ লৌখি।

১৯৮১ইংদা জিরিবামগী কলেজদা মিং খক্তা পাম্না নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহনা পাট্টাগী লম ফিঘা তরামাঙারোম দান তৌবদা সিনাম বাম্বা সিংহ ওরফে বাবু সিংহ বাইনেমদা কলেজ ওইবা মারোয় হাইরা অসি ডাকবাংলা কমনরুম থম্না চিল্লবা জিরিবামগী অডম অথৌ পুন্নমক চাওখাক্লা মী চাম্মাদগী হেন্না য়াম্লবা মনিং পনবদা মতিক চারবা সিনাম তোনুবাবু সিংহ সম্বাস্তরাম নিংথৌ সিংহ হাজী মক্রম আলী লস্কর মেলাবক্স চৌধুরী থিংবাইজম ধনঞ্জয় সিংহ অরাম্বম তোম্বা সিংহ ডি আই থোঙাম অপাবী সিংহ থৌনাওজম বারুনী সিংহনা চিংবা মীয়াম অসিনা চিটি ৫/৬ তমিন্না লৈরবগী মতুংদা শিক্ষাগী চেট মন্ত্রী থৌদাম দেবেন্দ্র সিংহনা কলেজগী মিটিং অসিদা সিনাম বাম্বা ওরফে বাবু সিংহগী রাইহ অসিদা কনা অমত্তগী অপাম্বা য়াওদবনা বাম্বা ওরফে বাবুগী অয়েংপা অসিনা অরেপ্পা ওইরে হাইনা লওখ্রে।

১৯৮২ইংদা এ, কেদারনাথ শর্ম্মা লৈরবদা ইবোমচানা এস ডি ও, ৬ই তাং ৩০/১২/৮২ইং নুমিদাংদা বার প্রেসিডেন্ট নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহগী য়ুমদা, মণিপুরগী অহানবা খল্লবা আসামগী জষ্টিস নোংমৈকাপ্পম ইবোতোম্বী সিংহ, তালোয় অমস্বুং মচানুপীবু চাককোবদা জিরিবামগী মুন্সিফ ম্যাজিষ্ট্রেট মোইরাংথেম ইবোহল সিংহ অমস্বুং হিদংময়ুম হরেকৃষ্ণ শর্ম্মা এডভোকেট ইবোমচা সিংহ এস ডি ও শগোলশেম নম্বোল সিংহ খোই য়াওখি।

জিরিবাম লালপানী মসজিদকী হাতীগড়া কালভার্ট মনাক সোনাপুর মনুং চনবা লমদা হাজী মছমন আলী হাজীমকচ্ছ

আলী অমসুং রথমত আলী মচিন মনাও অহুম্না দান তৌবা থিঘা অহুমরোম পাট্টাগী লম চীংমচা অমদা হাজী মক্রম আলী লস্কর আপ্তাব আলী ওরফে আশামিয়া তফজ্জুল হুইসেন ইত্রাক আলী মৌলাবক্স চৌধুরী খোইনা লুচিংবা লমদম অসিগী মুসলমান থুন্দিংমকী মতেংনা ১৯৮৩ইংদা ইছলামিক ইদগাহ শেমখিবগী অহানবা ইদোজ্জহাদা থৌদাম দেবেন্দ্র সিংহ শিক্ষা অমসুং আইনগী উপমন্ত্রীনা ভাষণ পিখিবগী সভাদা রায়টারস্ম য়াওরম্মি।

এল কেদার নাথ শর্মা এস ডি, ও অমসি ইম্ফালদা চংখিবদগী হলক্রবদা ইবোমচা সিংহনা এস, ডি, ও ওইখি।

৩০/১০/৮৩ইংদা ইবোমচা সিংহনা এস, ডি, ও না টি, এল কুকি আই, এ, এসতা এস ডি, ও চাজ´ শিন্নখি। ১৯৮৩ ইংদা নিপকো লিংখি।

১৯৮৪ইং ময়াইরাইদা টি এল কুকী মহুক্তা রাইখোম অজিং সিংহনা এস, ডি ও ওইখি।

তাং ১/১০/৮৪ইংদা মণিপুরগী গভণ´র শেখমজিবুর হুসেন বানি জিরিবাম য়েংখি। জিরিবামদা গভণ´র লাকপা অদিনা অহানবনি।

১৯৮৫ইংদা হাওবিজম শ্যাম কিশোর সিংহনা এস ডি ও ওই। ১৯৮৬ইংদা জিরিবাম কেন্দ্র কংগ্রেস (আই) কমিটীগী প্রেসিডেন্ট থিংবাইজম ধনঞ্জয় সিংহনা শিল লাংহনা জিরিবান হেডকোয়াটার মানবাহাদুর সড়ক জংশনদা কংগ্রেস ভবন শাখি। তাং ৩১/৮/৮৬ ইংদা হাওবিজম শ্যামকিশোর সিংহ পেন্সন ওইখি।

হাওবিজম শ্যাম কিশোর সিংহ পেন্সন ওইখিবদা রজনী রঞ্জন রশ্মি আই, এ, এসনা জিরিবামগী এ, ডি, এম ওইখি।

তাং ২৪/১০/৮৩ইং অয়ুক পুং ৮-৩০মিনিটতা লাটিংখাল থোং তেক্কুনা শিলচর মধুববন্দা লৈবা আব্দুল করিম ওয়ক্ষে বুলাইমিয়াগী তুলমুন কৌবা বস গাড়ী ওন্থবদা ড্রাইভর গোপাল সিংহগা প্যাসেঞ্জারশিংবু কন্নবা কন্না হোৎনব ফাওবদসু স্বপ্না নমশূদ্রনী অমসুং িকা খাসিয়ানী অসি ঘটনাগী মক্ষমদা শিখি। অতৈ প্যাসেঞ্জারশিংনা জখম ওইখি শিগ্রবা মৌ অনি অসিগী মচা অপিকপনা চিংবা থনম্বনি।

রঞ্জনী রঞ্জন রশ্মিগী মতুংদা নিখিলেশ ঝা আই, এ, এসনা জিরিবামগী এ ডি এম ওইখি।

১৫/১১/৮৬ইং সন্ধ্যা ৪-৪৫মিনিট তাবদা রত্না কৌবা বস গাড়ী অমা অজিত দাস কৌবা ড্রাইভরনা কাছাড় শিলচরদগী জিরি-ঘাটকী লাইনদা থোরকপদা অহোবাং (ষোজাম) চীং লাকপগা বস গাড়ী অসি সড়ক্কুগী ওন্থখি। ড্রাইভর কোননা গাড়ী অসিদা তোংনা মীশিং ৫৩ য়াঙখৈজম্মদোইনি।

থৌদক অসিদা শখিবশিং মথংশিংনা থিংবাইজম ধনঞ্জয় সিংহ যুমনাম চৌধুরী সিংহ মহাক্কী তালোয় য়ুম্নায় ওংবী কেশবতী দেবী হাওমোম বিনোদ সিংহ বিধু দেবী হরদাস শর্ম্মা রাজেন সিংহ নিমার আলী অমসুং গ্রিফিকী লেবায় অনি অসতনি অতৈনা থিনা যখম ওইবা য়াওখি।

১২/১০,৮৬ইংদা মণিপুরগী চীফ সেক্রেটারী দেবনাথ বড়ুয়ানা জিরিবাম য়েংখি। ১৯৮-ইং লোইরমদাইদা রজনী রঞ্জন রশ্মি আই এ এসনা এ ডি এম ইম্ফাল জিরিবাম ওইখি।

৩১/১২ ৮৬ইংদা চোংথাম নয়ন সিংহ হেডমাষ্টর পেন্স ওই-বনা যতীন্দ্র মোহন বাবুপাড়া আপ গ্রেডেড বেসিক স্কুলগী হেডমা-ষ্টার ক্ষমদা ফনীভূষণ রায় Asst. ওঝা অসি প্রমোশন ওইখি।

তাং ৮/৩/৮৭ইংদা জিরিবাম মিউনিসিপাল বোর্ডকী ইলেক্‌শন মতুংদা তাং ১০ ৪ '৮৭ইংদা মণিপুর প্রদেশ কংগ্রেস (আই) গী য়াথংগী রিপ্রেজেন্টটিভ সেঙ্গম তোম্বিনৌ সিংহ সে.ক্রে-টারীনা লিড তৌবা টিমনা খুন্দ্রাকপম শ্যামকিশোর সিংহ প্রেসি ডেন্ট অতৈ কমিশনার শং মথং শিংনা ক্ষাংলেন্থাং ক্ষার কাঙবম যদু সিংহ মুকুল চন্দ্র দাস থাওবোয়জম অভিরাম সিংহ মুতুম নন্দবিহারী সিংহ মোলাবক্স চৌধুরী নোংথোম্বম ব্রজমনি সিংহ অসিনা কংগ্রেস (আই) কমিশনারনি।

ইণ্ডিপেণ্ডন্ট কমিশনারনা সাগপম বা া সং কৈশাম সিন্ধু সিংহ অহুদা নোমিনী কমিশনারনা হেনা থাইকে অমসুং মুতুম ওংবী সাবিত্রী দেবী। তাং ৩১/৮/৮৭ইং অযুক্তা মণিপুরগী চীফ মিনি-ষ্টার রিশাংকৈশিংনা কদমতলাদা পেপার চিপিং শঙ্গাখি। তাং ৩১/৮/৮৭ইং নুংথিল পুং ১দা ডাকবাংলাদা কেবিনেট মিটিং শৌখ-বাগী মন্ত্রী রিশাংকৈশিং চীফ মিনিষ্টার পাওনম অচৌ সিংহ ইণ্ডাষ্ট্রিজ ডাক্তারচন্দ্রমণি সিংহ ইরিগেশন অমসুং ফ্লাড কন্ট্রোল কোইজম রাধাবিনোদ সিংহ পি, ডব্লিউ, ডি অমসুং লোবেল সোকগভর্ণমেন্ট হৈবোক ইবেতোম্বী সিংহ মেডিকেল থোদাম দেবেন্দ্র সিংহ ওয়াটার সপ্লাই অমসুং আইন উংলৌ চাওবা সিংহ এগ্রিকালচর মন্ত্রীশিং অসিনি। জিরিবামগী পুক্তীদা কেবিনেট মিটিং অসিনা অহানবনি।

তাং ৩১/৮/৮৭ইং নুংথিল পুং $4\frac{1}{2}$ তাবদা জিরিবাম হয়ার

সেকেণ্ডারী স্কুল প্লে গ্রাউণ্ডদা অজামীয়ামগী মীটিংদা চীফ মিনিষ্টার রিশাং কৈশিং অমসুং কেবিনেট মন্ত্রী অহেনগী চাওবা থৌরমগী ভাসন পিখি অহুগা চীফ মিনিষ্টরনা জিরিবামদা কলেজ অমা লৈনবগী সরকারদগী মতিক চাবা শেন্থাংগা লোইননা মহেং পিগনি হায়না ভাসা পিখি।

তাং১/৯/৮৭ ইংদা চীফমিনিষ্টার রিসাং কৈশিংনা রেলহেড ষ্টোন হাংদোকখি।

১৯৮৮ ইং ময়ায়রাইদা রিশাং কৈশিংগী মহুতা রাজকুমার জয়চন্দ্র সিংহনা চীফমিনিষ্টার ওইখিবা অসি তাং৩/৭/৮৮ ইং বাই ইলেক্সনদা এম, কুমার সিংহদগী রাজকুমার জয়চন্দ্র সিংহনা ভোট হেন্না ফংহুনা রাজকুমার জয়চন্দ্র সিংহ অসি মপুং ফাবা চীফ-মিনিষ্টার ওইখি। তাং ১৮/১২/৮৮ ইং লললত সিংহ ফাইনেন্স মিনিষ্টারনা টাউন হোল শঙ্কাপি।

রিশাং কৈশিংনা মনিপুরগী চীফ মিনিষ্টারগী ফম থাদোকপদা কেবিনেট মন্ত্রীগী ফম থাদোকপা থেংদাম দেবেন্দ্র সিংহ অসি ১৯৮৯ হৌরকপদা মণিপুর বিধান সভাগী স্পীকার ওইখি মতমদা বীরমনি সিংহ ষ্টেট মিনিষ্টার এ গ্রা চরনা জিরিবামদা লাক-পিহুনা চাওখং থৌরম কয়ামরুম পাওশাক্নী ভাসন পিখি মরু ওইনা আসামগা শাইনবা জিরি ১মসুং বরাক তুরেল সিমানাগী চয়েংনবা পেপার মিল টি গার্ডেন ফেক্টরি র ার ফার্মিং চাওখং মতংগী ফফবা থবক ওইনা থুনমক ওইন্নবা পনখি।

১৯০৮ ইং তাং ১৩/৩/১৯১৮ ইং অহানবা খুন্দাবদা মাওবা নবকিশোর দাসগী মগুনুপা অতোম্বা হায়বদি যতীন্দ্রমোহন রায়গী মচানুপা বিবীনচন্দ্ররায় ওরকে সুজিত অসি গনতন্ত্র দিবস ২৬/১ ৮৯ ইংদা লুহোংখি।

১৯৮৯ ইংগী জিরিবামগী গনতন্ত্রদিবসতা অতোম্বা ঙাক্লিয়াং মচাষ্টেট মিনিষ্টার ট্রান্সপোর্ট অমস্তুং লেবরনা ফিরাল চিংখংখি।

জিরিবাম সবডিভিসন অসি মহৌশাদগী মহাত্মা গান্ধী, জহরলাল নেহরুখোইগী লীচিং মখাদা কংগ্রেস ওইনা লাকই মতুংদসু কংগ্রেস অরেপ্পা ওইগনি। জিরিবামনা মহৌশাদগী লেংবদ্রা কংগ্রেস ওইবনা মণিপুরগী সবডিভিসনশিংদগী অমুক হেন্না চাওখং খোংথাংদা খুম্মাং চাওশিল্ল।

মতুংদসু জিরিবামদা মণিপুরগী ওইনা রেল হেড লৈবগা লোইননা কংগ্রেস ওইরিবা মখৈ চাওখংপগী মজবা থাক্লাকাহনা অনিগুবা ইম্ফাল ওইরক্লনা জিরিবাম অসি মখল মখাগী জাতিনা চানা চিন্ননা শান্তিলৈবা লিনি ইন্ডিয়া ওইগনি।

লোইরবা

তাং ১০/২/১৯৮৯ইং